# সুত্র বাহিনি





হন্দোকচবা ঃ
শ্রী এনঃ শামু সিংহ

# সুত্র-বাহিনি



হন্দোকচবা:
**N. Shamu Singh**
*Retired Principal*
Thoubal College, Manipur

**M/S Th. Nitambini Devi**
***Kiyam Sipai, Thoubal, Manipur***

হন্দোকচবা
N. Shamu Singh
Retired Principal
Thoubal College, Manipur.

*Published by :*

M/S Th. Nitambini Devi
Kiyam Sipai, Thoubal
For Shri Sathya Sai Organisation,
Manipur Publication Trust.
# 953848/201149 (R)
# 9436081528 (Mobile)



অহানবা কোঙবা : সেপ্তেম্বর, ২০০৭ ইং
কোপি মশীং : ৫০০
মমল : লুপা ৬০/-

লাইরিক ফংফম :

1. MBBS Books Store, Thoubal
2. Sharma Book Store, Yairipok
3. Irabanto Book House, Bishnupur

---

নম্ফম : পৌরা ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল ।

# হন্দোকচরিবগী মায়কৈদগী

ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবানা পামলিবসি ঐখোয় খুদিংমক হন্দক্কী মীওইবগী মপোকসিমক্তদা পুন্সিগী পান্দম ফংখিবা, আত্মা মশক খঙখিবা, অরান-খুভম ফংখিবা অদুনি। মদুগীদমক মতিকচারবা গুরু অমগী লমজিং নৎত্রগা বেদ, শাস্ত্র, উপনিষদ নৈনবগী, তত্বগী দরকার লৈরকই। সুত্র বাহিনি তরাই-তরাইবা লাইরিক নত্তে। বেদ-ব্যাসনা বেদান্ত সুত্র ইরবা মতুংদা মসিদি অশুকপা জঙ্গলদা লৈবা মুণি-ঋষি খরতনা খঙবা ঙমগদবা, সধারন মীয়াম্না খঙবা ঙম্নরোইদবা লাইরিক্কি খনবদগী মপুক্কিং লাঙতক্লনা, ব্রানা লৈবা উবদগী মাগী গুরু নারদ মুণিনা তাকপিবা মতুংইন্না সুত্রশিংদু লায়থোক্লা, শন্দোক্লা ইখিবা শ্রীমদ্ ভাগবতমদুনা বেদান্ত সুত্রগী অথুপ্পা, অমৃতগী মশক ওইরবা ঈচেলদু মীপুমতিংনা থকচবা ফংহনবিখিবগুম, ঐখোয়না খঙবা ঙম্নরোইদবা বেদগী, উপনিষদকি মরুওইবা সুত্র খরদং ভগবান্না মাগী মীনুংশিনা থল্লবা থৌজালগী পুক্কৈদগী লমফাংননা ঙাওচৎনরিবা মচা ঐখোয়গীদমক পীনবিরিবা সুত্র বাহিনিনি। ইশা মশক খঙজনবনি, আত্মা মশক খঙজনবনি, পুন্সিগী পান্দম ফংজনবনি, অরান-খুভম ফংজনবনি। মসিগা ঈরোয়ননা ভগবান মশামক্লা ইবিবা ভাগবত বাহিনি, গীতা বাহিনি, উপনিষদ বাহিনি, প্রশান্তি বাহিনি, বিদ্যা বাহিনি, প্রেম বাহিনি, জ্ঞান বাহিনি নচিংবা খরসি হকথেংননা খুৎ পায়দুনা লমজিংবিরিবা তঙাইফদনা খঙমিন্নদবা য়াদ্রবা ঙাক্তনি। খোঞ্জেল অহৌবদি সমাজগীনি, থম্মোয়গী অক্লাদা তত্তনা শোনজবনা ইশাগীনি। মতম হেনখ্রগনি। মিংয়েং তাবিরসি।

সাই রাম্

এন: শামু সিংহ

# ৱাহৈ অমা অনিদং ঃ

পিকচরবসু মতিক মগুন লৈরবা লাইরিক মচা অসিবু ময়ামদা খুদোল তশ্নীরিবা শ্রী নোংথোম্বম শাম্মু সিংহ, রিতাইয়র্দ প্রিন্সিপাল, থৌবাল কলেজ ময়ামগী মফমদা নৌনা শক তাকচরুবগী থোইদোক্লা দরকার লৈত্রে। মীওইবা জাতি কদোমদনো হায়বা লাইরিক মচা অমা ইবদা সোভিয়েৎ লেন্দ নেহরু এৱার্দকি গোল্ড মেদল পিদুনা ইকাই খুম্নগ্রবা, মমল নাইররোইদৌবা, তুং কোইনা পুরানগী শক্তম লৌদুনা লৈহৌরগদবা হৈরাং লৈরাং কয়া মণিপুরগী সাহিত্য লৈকোন্দা থাবিখ্রবা মহাক্নি। মরুওইনা ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবাবু ভক্তী তৌজবা মীওইশিংদদি থোইদোক্লা শকখঙনরবা মীওইনি।

মালেমদা লৈরিবা মীওই খুদিংনা, মানা মানা খঙজবা পামজবা, থাজবা লম্বীদা চংনদুনা পুন্সিগী পান্দম ফংননবা তান্নে। প্রকৃতিগী নিয়ম তুংইন্না মা মানা চংলিবদুখক্তনা অচুম্বনি, অথোইবনি অতৈদি লম্মাংনরবনি, অরেম্বনি খন্নে। অসিগুম্বা য়ামগ্রবা লম্বী কয়া অসিগী মরক্তা, মচি ওইবা, তরু তরুবা, সেম্বী শাবিরক্লিবা, ঙাকপি সেনবিরিবা, লোয়সিনবগী থবক তৌবিরিবা "মহাক" অদুবু খঙজবা ঙম্নবা লম্বী তাকপিবা ব্রহ্ম-সুত্রনি। জপ-তপ, ধ্যান, হোম-যগ্য, ভজন-কির্ত্তন, দান, শুদোক চামথোকপা, সেংদোকপগী থবক্নি। শেম শাবনি । হায়রিবশিং অসিনা য়ুম্ফম ওইরগা ব্রহ্ম-সুত্রদা পীনবিরিবা উপায় অসিনা জীবাত্মা ওইনা মহাক অদু হৌরকফম ওইবা পরমাত্মা অদুদা তিনবা ঙম্মি। পেরামিদকি মতোনগুম, মখোংদগীদি পাক চাওনা হৌরক্লগা মতোন্দা তুম্বগুম, পিকপগুম উবা অদুবু অথোইবা অদুদি ওইবা পোংনি।

ঐখোয়না লাইবক ফবনা, খঙবদা ৱাগ্রবা, ফংঙমদ্রবা পোংশক অসি পুর্ণ-অবতার ওইনা লেংবিরক্লিবা ভগবান শ্রীবাবানা য়াম্না চম্না, ঐখোয়না খঙজবদা খুদোং চাননবা হৌজিক হৌজিক য়ং য়ং লাওনা খন্নরিবা, স্পেস-রিসর্চ, বিক-বেং থিওরিনচিংবা কয়া পুসিনবিদুনা তাকপিবা অসিনি। লাইরিক হৈবনা, পাঙললনা, ফম চাওবনা, ইনাক খুনবনা মহাকপু ফংবা ঙমলোয়; ফংগে হায়রগদি করি তৌবা তাই হায়বসি তশেং তশেংনা তাকপিরে।

পিকই হায়দুনা থওই-উসিত্তবা তৌবিগনু। নিংথিনা, প্রেম ভক্তী য়াওনা পাবিয়ু, মিং উইসিন্দুনা রস লৌবিয়ু। অশেংবা নুংঙাইবা হায়বদু ফংননবা হোংনবিয়ু।

জয় সাই রাম।

থৌবাল,

তাং ২৫/০৯/২০০৭ ইং

ব্রিং কমান্দর একেঃ দেবেন্দ্রো সিংহ

# য়াওরিবশিং

# সুত্র-বাহিনি

**ৱাহৌদোক :** সুত্র হায়বসি ৱাহৈ খজিক্তনা ফোংদোক্লিংলিবা অর্থদু মপুং ফানা ফোংদোকপা ঙম্বদুনি। ব্রহ্ম-সুত্রশিং হায়বসি বেদান্তগী বিজ্ঞান (Science) অদুবুনি। মখোয়সি শোনবা মতমদা অথুম্বশিংগী অথুম্বা হায়বদি অমৃত থোরকই।

ঙসিগী সংসার অসিদা য়াম্নমক দরকার ওইরিবসি চান্ন-চিন্নবা, নুংশিনবা হায়বসিনি। মতম খরগী ওইবা সংসার অসিদা আধ্যাত্মিক হিরমদা খঙবা হায়বসি দরকার ওই। বেদান্ত হৈবশিংনা উরিবসি মসিনি। বেদগী লাইরিকশিং অসিনা নুংঙাইরবা পাওতাক পীরি। মখোয়না থৌজালগী মঙাল অমা পীরি।

মী হায়বসিগী চুম্না উদ্রবা (কু-দর্শন) মিৎয়েং অমা লৈ ; মহাক্না অওইবা অমসুং ওইদবা থৌদোকশিংদা হেনজিন্না পামশিল্লি। অফবা মিৎয়েংনা (সু-দর্শন) প্রকৃতিগী খুৎশেমশিংদা জগৎকি মপু অদুবু খঙহল্লি। মসিগী খঙলকপা অসিবুনি মনিংতম্বা-মোক্ষ-অরান-খুভম ফংবা হায়রিবসি। পুম্নমক্তু ওইরো অমসুং মীওইবগী পুন্সি পুম্নমক্তু লোইশিল্লো হায়না খঙলকপসিমক অদুগুম্বা জগৎকি মবুংঙোদু খঙলকপদুনি।

সুত্র বাহিনি হায়বা লাইরিক অসিদা ভগবান শ্রী সত্য সাই বাবানা আত্মা মশক খঙনবা জগৎকি থাওমৈ ব্রহ্ম-বিদ্যা অদু মৈ থানগৎপিরে। মসি মথং-মথং ওইনা সনাতান সার্থিদা ফোঙলে। ভগবান্না মাগী চাংজৌ নাইদ্রবা নুংশিবা প্রেম অদু ব্রহ্ম সুত্রগী মচং, মচি ওইবা শরুক্তুগী ফজরবা লাইবিক অমা ওইনা উহনবিরে। ভগবান্না শিজিন্নবিরিবা ৱাহৈশিংসি মীওইবনা খঙবা ঙম্বা অমসুং *নৌশিনবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈবা ঙাক্তনি।*

## সুত্র-বাহিনি

মহাক্কি হুমফুতরুক শুবা মপোক কুমওনগী থৌরম অসিদা ঐখোয়গী নুংশিজরবা মবুংঙো ভগবানগী চরন থম্বালদা কৎচবসি খ্বাইদগী হেন্না তাঙলবা খুদোংচাবগী মনুংদা অমুক্কা খ্বাইদগী হেন্না তাঙলবা খুদোংচাবা অমা ইবুংঙোনা থৌজানবিরে হায়না ঐখোয়না লৌজে।

ওইদবা মায়াদা তাওদুনা লৈরিবা সাধারন মী পুন্নমক লাইরিক অসিনা হোংদোকহনবিরক্কনি হায়না আশা তৌজে অমসুং মসিনা মখোয়গী খঙলিবদু (Conciousness) জগৎকি মবুংঙোগী খঙবরোমদা ওম্বোকপিরক্কনি অমসুং মদুনা সাধারন মী অমা ফাওবনা চাংজৌ নাইদ্রবা নুংঙাইবদু (Bliss) ফংজগনি হায়না আশা তৌজে। মসি ঐখোয় পুন্নমক্কি ইপাদি ঈশ্বরনি অমসুং মী পুন্নমক ইচিন-ইনাও ঙাক্তনি হায়বদু ভাব তারকপনি হায়না হায়বসু য়াই। মসি অনৌবা যুগতু ওইরগনি।

ফোঙলিবশিং,

# লৌশিংগী ঈচেল :( STREAM OF WISDOM)

শাস্ত্র পুম্নমক্কি মমল অমসুং কান্নবসি মখোয়গী হৌরকফম ওইরিবা বেদ-দগী ফংই। বেদ-না তাক্লিবা নিয়মশিং অমসুং পান্দমশিং অদুগা চুননা মখোয়না চৎন-পথাপ কয়া পীরি। অফবনা করিনো অমসুং ফত্তবনা করিনো হায়বদু খন্দোক্লনবা শাস্ত্রশিংগী মতেং লৌবা তাই।

বেদ-শিংসি অ-পৌরুশেয়-নি ; হায়বদি মখোয়সি মীওইবা কনানা ইরম্বনো হায়বদু খঙবা ঙমদবনি। বেদ-শিংসি ঈশ্বর মশামক্তগী থোরকখি অমসুং ঈশ্বরগী খোঞ্জেলদু তাবা হৈরবা ঋষিশিংনা 'তাখি'। মখোয়না অমুক ৱাহৈশিংদু মখোয়গী ছাত্রশিংদা খঙহনখি অমসুং মখোয়না অমুক মখোয়গী সেবকশিংদা মথং-মথং তম্বিখি। অসুম্না বেদ অমসুং মদুদা য়াওরিবা লৌশিং-জ্ঞান অদু গুরু অমসুং শিষ্য অনিগী মরক্তা পীনরকপদু মীরোল কয়া-কয়া চৎথরকপদুনা ঐখোয়গী মতম অসি ফাওবদা চৎথরি।

উপনিষদশিংসি বেদগী ময়োল, মচং ওইবশিংদুমকনি। ব্রহ্ম সুত্র অমসুং ভগবত-গীতা হায়বা লাইরিকসিনা উপনিষদনা নৈনরিবা, তম্বিরিবশিং অদুগী মচং অদুমক্কি। অসিগুম্বা অরিবা লাইরিক অহুম- (উপনিষদ, ব্রহ্ম সুত্র, ভগবত গীতা) অসিবু প্রস্তান ত্রয় (Prasthaana Thraya), হৌরকফম লাইরিক অহুম (Three Source Texts) হায়না কৌই। মখোয়শিংসি গুরুদগী নাকোংনা তারগা তমলকখিবনিনা, বেদ-গা লোয়ননা মখোয়সিবু শ্রুতি, "তারকখিবা" (The Heard) কৌই।

মীওইবগী মরুওইবা পুন্সিগী পান্দমদি অৱাংবা থাক্কি লৌশিং-জ্ঞান ফংবখক্তনা থুংহনগনি। অসিগুম্বা জ্ঞাননা মী অমবু মহাক মশাসি ৱাখল খনবা ঙমদবা হকচাংদু নত্তে হায়বসি ভাব তাহল্লি, মদুগী মহুত্তা মশামকসি সৎ-চিৎ-আনন্দগী শক্লোন ওইনা শক উৎলিবা খঙবা (Conciousness) অদুনি হায়না খঙহল্লি। মসিগী অচুম্বা ৱাফমসি মশাদা হেক খঙবা মতমদা অমসুং মশানা হকথেংনরবা মতমদা, মী অদু অরান-খুডম ফংলে ; মহাক অপঙবগী, অ-জ্ঞানগী লৈচিন্দগী, হিংনা, হিংনা হায়বদি পুন্সি মতোন লোমদ্রিঙৈদা মনিং তমলে। মহাক জীবন-মুক্ত অমা ওইরে।

কাইবল্যোপনিষদনা হায়রি :
“ন কর্ম্মনা ন প্রজয়া ধনেন
ত্যাগেন একেন অম্রুতত্ত্বমানসুহ”

থবক্কী পাম্বেনা, শক্তিনা নংত্রগা লনথুম্না ফংবা য়ারোই, থাদোকপা খক্তনা অ-মর, শিদবা ফংবা ঙমগনি। মতাং অসিদা পল্লিবা থবক হায়বসিনা ফোংদোক্লিংলিবসি যজ্ঞ তৌবা, মৈগী অশেংবা পুজা তৌবা, ব্রত তৌবা, দান তৌবা ; অশেংবা প্রোজেকশিংদা দান তৌবা, অশেংবা ধর্ম্মগী মফমদা চৎপা (তীর্থ চৎপা), তুরেল অমসুং সমুদ্রদা ধর্ম্মগী হৌনবি মতুং ইন্না ইরুজবা অসিবুনি। অসিগুম্বা থবক থৌরমশিং পাঙথোকপনা মী অমনা মোক্ষ হায়বদি অরান-খুভম ফংবা ঙমলোই ; হায়বদি অপঙবগী মায়খুম অদু হাংদোকপা ঙমলোই। ন প্রজয়া হায়বদি ফম অচৌবা ওইবনা অমসুং শক্তি লৈবনা, হৈ-শিংবনা অমসুং লৌশিং-শিংবনা মদুনা মী অমসুং পোৎশিংদা শিন্দোক-শিনজিন তৌবনা, মিংচৎনা অমসুং মকোক থোংবা ওইবনা, শক ফজবনা, হকচাং য়াম্না ফবনা অমসুং নুংঙাইবনা, শাগৈ-নাতৈ চাউবনা, ইচা-ইশু য়ামবনা মী অমদা অরান-খুভম ফংহনবা য়ারোই।

“ন ধনেন হায়বদি : মথক্তা হায়খ্রিবা থবক থৌরমশিং অসি মী অমনা মশাগী লনথুম লৈরবা মতমদা পাঙথোকপা নংত্রগা ফংবা ঙমগনি। মী অমনা ইনাক খুন্দ্রবদি কর্ম্মশিংসি পাঙথোকপা ঙমলোই নংত্রগা মকোক থোংবা, শক্তি-নচিংবদু অমত্তা ওইবা ঙমলোই। অদুবু উপনিষদনা লাওরি মদুদি জ্ঞান হায়বসিদি লনথুমগা মরী লৈনদে। অমসুং জ্ঞান খক্তনা নিঙতমহনগনি। অদুনা শেলনা নিঙতম্বা পুরকপা ঙমদে। লনথুম হায়বসি অরান-খুভম ফংনবগী পাম্বে অমা নত্তে।

অদু ওইরবদি, চপচাবা উপাইদু করিনো ? মসিগী পাওখুমদি ত্যাগেন একেন অমৃতত্বম্ আনসুহ। থাদোকপা খক্তনা মোক্ষ ফংহনবা ঙমই। মচাক্তি ওইবা সংসার অসি অওইবা নত্তে, লৈতবনি ; মসি অওইবনি হায়না লান্নলা লৌরিবা ৱাখলদু থাদোকপা তাবনি। জগৎ হায়বসি অওইবা, অশেংবা অদুগী মথক্তা ঐখোয়গী পুক্লিংনা কুপশিনবা, পুথোকপা মপানগী শক্তম অমনি হায়না

খণ্ডবদুবু জ্ঞান-নি। জগৎ অসি অশেংবা ওইনা উরবসু, মী অমনা ভাব তাগদবনি মদুদি মসিনা ঐখোয়বু অসুম্না লান্না উহল্লিবনি। মদুগী ফল অমা ওইনা, ঐখোয়গী মাওদা উরিবা অমসুং ঐখোয়গী পুক্নিং চিংশিল্লিবা পোৎশিং অসিদগী হনদক্নি মপোক্তা অমসুং মতুংগী মপোক্তা নুংঙাইবা ফংগে খল্লিবা অপাম্বদু, ৱাখলদু থাদোক্কদবনি। হায়বগী অর্থদি, কনাগুম্বা অমনা নুংশিশনবা পুম্নমক অমসুং অপাম্বা পুম্নমক হেক থাদোকপদা মহাক অরান খুভম ফংলে। সবর্বম্ ত্যাগম পুম্নমক থাদোকপদা। আত্মাগী নিয়মসি হেক খণ্ডলকপা মতমদতা মী অমনা অপণ্ডবা নৎত্রগা লান্না খণ্ডবদু মাণ্ডহনখিবা ঙমই। অদুগুম্বা অরানবা ৱাখল অদু মাণ্ডখিবা মতমদা সংসারগী অকা-অকুমদা য়াওরুবদগী ফংলকখিবা অৱাবশিংদুসু মাঙহনখি।

উপনিষদনা ঐখোয়দা তম্বিরিবা পাওতাকসি অ-জ্ঞান অমসুং অৱাবসি আজা-পুজাগী থবক্না মাঙহনবা ঙমদে হায়বসিনি। তশেংনমক, হৌজিক থোক্লিবা থৌদোকসি মীওইবনা মশাগী অশেংবা, অওইবা হৌনশাদু কাওথোক্লে হায়বসিনি। মহাক্না হকচাংবু, ইন্দ্রিশিংবু মহাক্নি হায়না থাজরে। মখোয়দি (হকচাং, ইন্দ্রিশিং) পোৎশক্নি, মচাক্নি নুংঙাইবশিং অসিবু পামই অমসুং মসি মহাক্নি অপাম্বনি হায়না মহাক্না মহাকপু থাজহল্লি অমসুং অসিগুম্বা অরানবা ৱাখল অসিনা মখোয়গী অপাম্বশিংদু থুংহন্নবা মহাক্না থিরি। হকচাংগী অমসুং ইন্দ্রিশিংগী অপাম্বদু পীরগা মহাক্না আনন্দ ফংগনি হায়না মহাক্না মহাকপু লান্না লমজিংলে। অদুম ওইনমক, অসিগুম্বা থৌদৌনা মহাক্না আনন্দ ফংবা ঙমলোই। মদুগী মহুত্তা, শুমহৎপা, মায়থিবা অমসুং তুম্না মাঙহনবগী মনা পীরক্কনি। মহাক্না অৱাবা খক্তা ফংগনি, অমসুং নুংঙাইবা ফংলোই। মচাক্নি, পোৎশক্নি নুংঙাইবদা য়াওশিনবনা মমৈথংদা অৱাবদা তাহল্লি। মরম অদুনা, মীওইবনা আনন্দ ফংনবগী অচুম্বা লম্বীদা চঙশিন্নবা লমজিংবিবগী দরকার ওই। মী অমনা আনন্দ কদায়দগী ফংবা ঙমগনি ? মসিদি মপান্দা উরিবা পোৎশিং অসিদদি য়াওদে। মপানগী পোৎশিং অসিদগী কনাগুম্বা অমনা ফংলিবা নুংঙাইবদুনা অৱাবসু পুরকই।

ব্রহ্ম-সুত্র, উপনিষদ অমসুং ভগবত গীতা হায়রিবা লাইরিক অহুমসিনা নহাকসি নুংঙাইবগী শক্তমনি হায়বা অচুম্বা ৱাফমসি ময়েক শেংহল্লি।

মসিগী লাইরিক অহুমসিনা অমত্তা ওইনা মী অমবু খ্বাইদগী ৱাংবা লৌশিং-জ্ঞান অদু ফংহন্নবগী লেপলি।

ব্রহ্ম-সুত্রদা য়াওরিবা পাওরৌগী ওইবা ৱাহৈশিং অসি অর্থ লৌশিনবদা য়াম্না অৱাবা থবক অমনি। মসিগী দরকার ওইরিবা গুনশিংদু লৈত্রবদি মসিগী কিশি থোকপা, ফুমদুনা মরুমদা লৈরিবা অর্থদু পুথোকপা অমসুং লোয়না খণ্ডোকপা, হৈদোকপা ওমদে।

অদু ওইরবদি, মগুনশিং অদু করি করিনো ? অরিবা লাইরিকশিংনা সাধন মখল মরি পীরি। মী অমনা সাধন মরিসি হেক ওমবদা, কোনা পান্নীদা মহৈ য়ানবদু শেংনা উবা ওস্বগুম অর্থশিংদু য়াম্না তশেং তশেংলকই। মরমদি, মী অমনা মশাগী অশেংবদু খণ্ডনবগীদমক মরি অসি অহানবগী ওইনা ফংনবা হোৎনগদবনি।

ব্রহ্ম-সুত্র অসিবু সারীরক শাস্ত্র অমসুং বেদান্ত-দর্শন হায়নসু কৌই। সরির হায়বদি হকচাং হায়বনি। সারীরক হায়বদি হকচাং মনুংদা ফাজিন্দুনা লৈরিবা আত্মাদুগী মদ-ইন্দ্রিনচিংবা মচাকশিং অদুবুনি। শাস্ত্র হায়বদি “ মখোয় পুম্নমক অসিবু হেক ওইথোকপা য়াবমখৈগী থাক্তা নৈনবা, থিজিনবা ” হায়বনি। হায়বগী অর্থদি, ব্রহ্মন হায়বসি অতৈ পুম্নমক্তা মথক্তা ননশিল্লিবা য়ুমফমদুনি হায়বসি শাস্ত্রনা অরেপ্পা ওইনা হায়রি অমসুং মী অমগী অওইবসি, অশেংবসি আনন্দ অসিমক্কি হায়রি।

হৌজিক বেদান্ত দর্শন করিনো হায়বদু অমুক য়েংশি ; দর্শন হায়বদি উবা, উবগী থবক। উবসিনা অচুম্বদু হকথেংননবগী, শাথেংননবগী থবক্তা খুমাং চাওশিলহল্লি। দর্শন হায়বসি মুন্না খণ্ডনরবা ৱাফম্নি। মখোয়সি ঈশ্বরগী থৌজালনা মিৎয়েং চুম্লবা মুণিশিংনা হৌদোকখিবনি। সংখ্য-দর্শন হায়বসি কপিল-না হৌদোকখিবনি। ন্যায়-দর্শন হায়বসিনা গৌতম-না পুথোকখিবনি, বৈসেশিকা হায়বসিনা কনাদ-না, পুৰব-মিমাংস হায়বসিনা জৈমিনি-না, অমসুং উত্তর-মিমাংস হায়বসিনা বেদ-ব্যাসনা পুথোকখিবনি। মখোয়শিংসিগী মনুংদা কপিল অমসুং ব্যাস অনিসিদি বিষ্ণু মশামক্কি শক্তি চণ্ডবশিংনি হায়না থাজনৈ। বেদ-ব্যাস-কি ব্রহ্ম-সুত্র অসি উত্তর মিমাংস-বু

তশেং-তশেংবনি হায়রবা অমসুং হেন্না য়ুমফম চেৎশিলহল্লবা লাইরিক ওইরে।

ব্রহ্ম-সুত্রনা বেদান্তগী অচুম্বা ৱাফমশিংসি শুগাইনা তাক্লবগীদমক য়াদবগী মওংদা নাকোইননা য়েৎপগী খোঙজং অমা লৌই। পাওরৌশিং অদুনা ওন্ন-তৈনবগী মিৎয়েংদগী নৈনৈ, মদু উপনিষদকি নৎত্রগা বেদান্তগী অর্থশিংদু কদায় ফাওবা অচুম্বনো, চৎনবা য়াবনো হায়বদুগী মরমদা লৈরিবা চিংনবশিংদু লৌথোক্লবনি, কোকহন্নবনি। হকচাং অসি মনুংদা লৈরিবা "মী"-জীবাত্মা অদুগী শরংনি, লৈফমনি হায়না লৌনৈ অমসুং ব্রহ্ম-সুত্রনা মদুগী অওইবদু শন্দোক্লা তাকই। মরম অসিদগী সুত্র অসিবু বেদান্ত দর্শন হায়না কৌই।

লাইরিক অদুদা সুত্র মশিংসি ৫৫৫নি ; কনাগুম্বা খরগী মোত মতুংইন্না মখোয়দু ৪৪৯নি হায়। সুত্র হায়বা ৱাহৈশিংগী অর্থদি, "ৱাহৈ খজিক্তংগী মতেংনা অর্থ ময়াম অমা ফোঙদোকপা" হায়বনি। মিমাংস হায়বা ৱাহৈসি থাইনগী ধর্ম্মশস্ত্রদা শিজিন্নরম্বগী মতুংইন্না, করিগুম্বা পোৎশক অমা য়াম্না থিজিন-হংজিল্লবা মতুংদা ৱারোইশিন অমা পুরকপা অমসুং মদুদা থিজিল্লুরিবা, মদুদগী ফংলক্লিবা ৱাফমশিংদু চিংনবা, চিংনদবা মোত পুম্নমক কুপ্না খন্নরবা মতুংদা অচুম্বনি হায়না লৌবা অদুবুনি।

বেদ-শিংনা ৱাখল্লোন অনিদা নৈনৈ ; ধর্ম্ম অমসুং ব্রহ্ম। পুবব-মিমাংসনা কর্ম্ম, আজা-পুজা পুম্নমক অসি ধর্ম্ম ওইনা নৈনৈ। উত্তর-মিমাংসনা ব্রহ্ম-গী মতাংদা নৈনৈ, মসিনা শাফু পীরিবসি জ্ঞান-দনি, খঙবদনি। পুবব-মিমাংসনা হৌরিবসি "অথাতো ধর্ম্ম জিজ্ঞাস" (হৌজিক ধর্ম্মগী মরমদা থিজিনবা); উত্তর-মিমাংস-না হৌরিবসিনা-"অথাতো ব্রহ্ম জিজ্ঞাস" (হৌজিক, ব্রহ্মগী মরমদা থিজিনবা) হায়বসিনি।

ব্রহমম্ খঙবা হায়বসি লনথুম পৈশিনবনা ফংবা ঙমদে নৎত্রগা লন দান তৌবনা ফংবা ঙমদে। নৎত্রগা তমগদবা লাইরিকশিং পাবনা ফংবা ঙমদে, নৎত্রগা শক্তি য়াম্না লৈরকপনা নৎত্রগা দিগ্রি অমসুং দিপ্লোমা য়াম্না ফংবনা নৎত্রগা শাস্ত্রনা হায়বা যজ্ঞ অমসুং আজা-পুজা তৌবনা ফংবা য়াদে।

হকচাং অসিদি লৈসৌপুংগুম মনুংদা ইহো-হোবনি; পুক্লিং লৈবনি। পুক্লিং অদুনা মদুদা অপঙবা হায়বা লিন অদু লোৎলি। ইশা পেন্নবা তৌবা থবক্লা

(কাম্য-কর্ম্ম) লিন অদু হাৎপা ওইথোক্তে। জ্ঞান হায়বসিনা মদুবু হাৎপা ঙম্বা অমতা ঙায়রবা খুৎলায়নি।

"শ্রদধাবান লবতে জ্ঞানম্" - থাজবা লৈবা নুপা অদুখক্তনা জ্ঞান ফংবা ঙমই। অমসুং শ্রদধা হায়বদি শস্ত্রদা হায়রিবা ৱাফমশিংদুদা লেঙদনা থাজবা হায়বনি।

## অথাতো ব্রহ্ম জিজ্ঞাসা :( ATHAATHO BRAHMA JIJNAASAA)

সুত্র হায়বসিদা য়াওরিবসি ৱাহৈ খজিক্তনা অর্থ য়াম্না পাক-চাউনা ফোংদোকপা য়াম্না মরু ওইশ্রবা, লুপ্রবা ৱাফমশিং ফোংদোকপনি। ব্রহ্ম-সুত্রশিংনা বেদান্তগী বিজ্ঞান শাগৎলি। মখোয়না উপনিষদ পুম্নমক্তগী মখল মথেলগী মচু ওইবা লৈ-শিং খোমজিল্লি অদুগা ওম্থোক্লা থম্মোয় শুমহৎলবা লৈ পরেং অমা লেংই। সুত্র খুদিংমক মী অদুগী খঙজবগী থাক, লৈজরিবা থাজবগী মওং অদুগী মতুং ইন্না কান্নরবা মওং কয়ামরুম থোক্লা পাক-চাওনা নৈনবা অমসুং ব্যাখা তৌবা য়াই।

অহানবা সুত্র অদুমক অতাতো ব্রহ্ম জিজ্ঞাসা হায়বসিনি। অহানবা ৱাহৈ অত (ATHA) হায়বসিগী চম্না লৌনবা অর্থ ময়াম অমা লৈ। অদুবু সুত্র অসিদদি খ্বাইদগী চানবা ৱাখল্লোন্দি "অদুগী মতুংদা" (There after) হায়বসিনি। অদুনা, "করিগী মতুংদা" (After what) হায়বসিনি থোরক্লিবা ৱাহংসি। মসি মশানা তারবা ৱাফম্নি মদুদি মসিনা হায়রিবা মতাংসি ব্রহম জিজ্ঞাস-গী হায়বদি 'ব্রহমন্ হায়বসিগী হৌনশা করিনো' হায়বদুগী খঙনিংবা অদুবুনি। মসিনা হায়রিবদি "অসিগুম্বা অপাম্বা ৱাখলসি ফাওরক্লবা মতুংদা"। কমদৌনা মসিগী অপাম্বসি পোকলক্লনি ? মসিগী মরম চাবা মগুনশিং অদু মশাদা চেল্লবা, লৈরবা মতুংখক্তদা ৱাখল অদু মপুক্লিংদা লাকপা ঙমগনি। "অদুগী মতুংদা" হায়বদি, "মী অমগী মশাদা অসিগুম্বা গুনশিং অসি লৈরবা মতুংদা" হায়রিবনি।

বেদ-শিংসি ইচম-চম্না নৈনবনদি জিজ্ঞাসনা করিগুম্বা ফল অমতা পীবা ঙমদে। বেদ-শিংনা ধর্ম্মগী মরমদা নৈনৈ। ব্রহমন্ খঙনবগীদমক বেদান্ত নৈনবা তাই।

ব্রহমগী হৌনশা করিনো হায়বদু খণ্ডনবগীদমক দরকার ওইরিবা ইচম-চম্বা অরায়বা গুনশিংগী মনুংদা অহানবসি বিবেক-নি, হায়বদি ঙাইহাক্কি ওইবা, তুং কোইদবনা করিনো অমসুং মতম পুম্নমক্কি ওইনা লেঙদবনা করিনো হায়বদু খন্দোকপা ঙম্বা ব্রাখল, বিচার অদুবুনি। অতোপ্পা ব্রাহৈদা হায়রগনা, আত্মা খক্তনা মতমগী ব্রাংমদা লৈবনি অমসুং ইন্দ্রিশিংনা-মিৎ, নাকোং, নাতোন .... খঙবা ঙমলিবা পোৎ পুম্নমকসি মতম খরতগী ওইবা ঙাক্তনি হায়না খঙলবা অদুবুনি। আত্মাখক্তং হোংদোক-হোংজিন তৌদে। মাখক্তং নিত্য-নি,-অরেপ্পনি, সত্য-নি,-অচুম্বনি। মতম কুইনা শাংনা থিজিল্লকপগী ফল ওইনা, মসিগী হোংলরোইদবা থাজবসি ফংগদবনি, লৈগদবনি অমসুং ব্রাখল অসিদা চেৎনা লৈরগদবনি।

অনিশুবা মগুন : ইহা-মুত্র-ফল-ভোগ-বিরাগহ (Ihaa-mutra-phala-bhoga-viraagah) - মী অমনা তৌরিবা থবক্কি ফলদু হন্দকি মপোক্তা অমসুং মতুংগী মপোক্তা ফংনিংবগী অপাম্বদু থাদোকপা। মসিবু অশম্বীদা বৈরাগ্য-পামশিন্দবা, নুংশিশন্দবা, হায়নসু খঙনৈ। মী অমনা মুন্না খনগদবনি অমসুং নুংঙাইবা অমসুং অৱাবা হায়বা ঙাইহাক্কি ওইবা থৌদোকসিনা পুক্নিংবু মোৎহল্লি হায়বসি ভাব তাগদবনি। পোৎ পুম্নমকসি মায়াদা থুরিবনি হায়বসি মী অমনা ভাব তাগদবনি ; মখোয় পুম্নমক ঙাইহক্কি ওইবা ঙাক্তনি, মখোয় অসিনা অৱাবা খক্তা পী। মথংদা পামশিনদবগী, নুংশিশন্দবগী ব্রাখলদু পুক্নিংদা ফাওরক্কনি। বৈরাগ্য হায়বসিদা ইমুং-মনুং, ইতু অমসুং ইচাশিং থাদোক্কগা জঙ্গোলদা লৈগদবনি হায়বা নত্তে। মসিনা হায়রিবদি জগৎ-সংসার অসি ঙাইহাক্তগীনি, অরেপ্পা নত্তে হায়বসি খক্তং খঙবদুবুনি অমসুং মসি খঙলকপদুগী মতুং ইন্না "ঐ" অমসুং "ঐগী" হায়বা ব্রাখলদু থাদোকপদুবুনি।

অহুমশুবা মগুন অদুনা সম-দমাদি-গুন-সমপত (Sama-damaadi-guna-sampath) সম, দম ... নচিংবা অফবা গুন তরুক। কাংলুপ অসিদা অফবা গুন তরুক লৈ। মখোয় অদুদি সম (Sama), দম (Dama), উপরতি (Uparathi), তিথীক্ষ (Titheeksha), শ্রদধ (Shraddha), অমসুং সমাধান (Samaadhaana) হায়বসিনি।

সম: পুক্লিং খুদুম চনবা হায়বনি। মসি ঙম্বদা য়াম্না অৱাবা থবক অমনি। পুক্লিংনা মায়াদা পুনশিনবা ঙমই, মসিনা অরান-খুভম ফংহনবসু ঙমই। মসি রজ অমসুং তম-গুন অনিগী মওং-মতৌনা তোৎনরবা, য়ানশিন্নরবা পোৎশক অমনি - হায়বদি য়াম্না চানিঙবা, থকনিংবা, পামশিনবা, ওইনিংবা, ... নচিংবা ৱাখলগা থরেক্লবা, তন্দে-মান্দে তৌবা ৱাখলগা অনি অসিনা তিন্নরগা শান্নবা পোৎশক অমনি। মসিদি য়াম্না লায়না মোৎশিলহল্লি। মসিনা পোৎশিংগী অচুম্বা হৌনশাদু লোৎশিনবদা নুংঙাইজে অমসুং মখোয় অদুদা মানা পামজরিবা মওং অমসুং মমলদু লৈহনবদুদা নুংঙাইজে। অদুনা, পুক্লিংনা তৌরিবা থবকশিংদা নিয়ম নাইহনগদবনি।

পুক্লিং হায়বসিগী মগুন, মওং-মতৌ অনি লৈ। অহানবা মগুন : মসিনা ইন্দ্রিশিংগী মতুংদা চেল্লি, তান্নে, ইন্দ্রিগী অপাম্বা অমদা মানা মফম-মরাং খঙদবমখৈ তান্নে, মদুনা খুদোং থিনিংঙাইগী মচাক ওই। চক্ষু অমদা য়াওরিবা ঈশিংদু ময়েং তারক্লবদি মদু মখুন তরাদা য়ুখিবননি হায়রুবগী দরকার লৈতে ; মখুন অমখক্লা মদু অদুম ময়েং তাহনবা য়াই। মতৌ অসুম্না, ইন্দ্রিশিং অসিগী মনুংদা অমতং খুদুম চনদবদা মী অমবু অফা-অপুনবগী লাংদা, তাহনগনি। মরম অদুনা ইন্দ্রি খুদিংমকপু খুদুম চনগদবনি।

পুক্লিংগী অনিশুবা মগুন, মওং-মতৌ : ধ্যান, জপ, ভজন অমসুং পুজা নচিংবা অফবা থবকশিংনা পুক্লিং অমগী শক্তিসি অফবরোমদা চৎহনবা য়াই। অসুম্না ফংলকপা পাঙ্গল অমসুং লৌশিংনা পুক্লিংনা সংসার অসিবু মতেং পাংবা ঙমই নৎত্রগা মাঙ-তাকহনবা ঙমই। অদুনা, অসিগুম্বা সাধন-না ফংলকপা পুক্লিংগী শক্তি অদু অরানবা লম্বীদগী থৈদোক্কদবনি অমসুং সম-গী মতেংনা খুদুম চনগদবনি। ইন্দ্রিশিংসি লৌশিংগী, বুদ্ধিগী নিতিনা লমজিংগদবনি। ইন্দ্রিশিং অসিবু পুক্লিংনা ফাজিল্লিবা অদুদগী থাদোক্কদবনি। অদু ওইরবদি আধ্যাত্মিক্কি খুমাং চাওশিনবা ঙমগনি।

পুক্লিং হায়বসি ৱাখল ময়ামগী মপুন - অপাম্বা অমসুং অনিঙবা কয়ানা তোৎশিন্নরগা লৈবা, য়াম্না চয়েৎনবা মপুন অমনি। পুক্লিংদগী করিগুম্বা ৱাখল অমা, অপাম্বা অমা, নৎত্রগা অনিঙবা অমা হেক মঙক হাইগৎলকপদা বুদ্ধিনা

মদুগী কান্নবা, চংনবা য়াবা নংত্রগা য়াদবা, অফবরা নংত্রগা ফত্তবরা, মদুনা কান্নগদরা নংত্রগা অকায়বা ওইগদ্রা, মদুনা করি ফল তাহনগনি নংত্রগা পোলোইনা করি ওইগনি হায়বসিগী মরমদা থিজিনগদবনি। অসুম্না থিজিনবা অসিদা পুক্লিংনা য়াদ্রবদি, মশামক মাঙ-তাকপগী লম্বীদা তারগনি। করিগুম্বা মহাক্না য়ারবদি অমসুং বুদ্ধিনা হায়বদু ইল্লবদি, মহাক অচুম্বা লম্বীদা চংপা ঙমলে।

মী অমগী মশাশি অৱাংবা থাক্তা কাখংনবগী মরুওইবা খুংলায় অহুম লৈ। মখোয় অদুদি লৌশিং, পুক্লিং অমসুং ইন্দ্রিশিং অসিনি। পুক্লিং অসি ইন্দ্রিশিংগী মীনাই ওইহনগ্রবদি, মী অদু লাংদা থুরে অমসুং পুনশিনখ্রে। হায়রিবা পুক্লিং অদুমক, লৌশিংনা নিয়ম নাইহল্লবা মতমদদি মদুনা মী অমবু মশাগী অওইবদু, আত্মাদু খঙহল্লি। মরম অসিদগীনি পুক্লিং অসিনা মায়াগী বন্দি ওইহনবা ঙমই নংত্রগা অরান-খুভম ফংহনবা ঙমই হায়না য়াম্না মমিং চংলিবনি।

<u>দম (Dama)</u> : হৌজিক, অফবা গুন তরুক্কি মনুংদা অনিশুবা ওইরিবা দমগী মরমদা য়েংসি। দম হায়বদি হকচাং অমসুং ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চন্দুনা থম্বা হায়বনি। মসিদি আধ্যাত্মিক্কি সাধন খক্তনা ফংবা ঙমগনি ; অতৈ পাম্বৈ অমতনা ঙমলোই। কান্নদবা থবকশিং ফংনবা হোৎনবদা মমল য়ামখ্রবা মতম মাঙহনলোইদবনি। মী অমনা মতম পুম্নমক্তা মিৎ-না শিংনা লৈগদবনি। মী অমনা খঙননবা ইন্দ্রিশিং অমসুং থবক তৌনবা ইন্দ্রিশিং অমসুং হকচাংগা অহুমসি য়াম্না নুংশিননা, লেমগদবা থবকশিং তৌদুনা মখৌ চিলহনগদবনি। তম-গুনগী নংত্রগা থরেক্কবগী, তন্দে-মান্দেনবগী ৱাখল চঙনবগী তাঞ্জা পীরোইদবনি। অদুগা, পাঙথোক্কিবা থবক খুদিংমক অতোপ্পগী কান্নগদবা ওইগদবনি। অসুম্না মী অমনা মশাগী হৌনশাগী ওইবা মথৌশিং (শর্ধম্ম) পাঙথোক্তুনা লৈবনা, মদুনা হকচাংগী অমসুং ইন্দ্রিশিং অদুগী কান্নগদবা সাধন ওইহনবা য়াই।

<u>উপরতি (Uparathi)</u> : মী অমদা লৈফম থোকপা, চেনফম থোকপা অহুমশুবা মগুন অদু উপরতি হায়বসিনি। মসিনা হায়রিবসি পুক্লিং অসি নে-তানা থম্বা, হায়বদি তুমা শুবগী চৈথেংনা শোকহন্দবা, হায়বদি নুংঙাইবা অমসুং অৱাবা, অপাম্বা অমসুং পামদবা, অফবা অমসুং ফত্তবা,

থাগৎপা অমসুং দোষ তৌবা অসিনা সাধারন মী অমবু শোকহল্লি অমসুং পুক্লিং লাওহল্লি ; অসিগুম্বা চৈথেং পুম্নমক অসিগী মথক্তা অমসুং ৱাংমদা পুক্লিং অসিবু থম্বা অদুবুনি উপরতি হায়রিবসি। অদুবু, অসিগুম্বা মী পুম্নমক্তা থেংনরিবা থৌদোক অসি আধ্যাত্মিক্কি শাজেন্না নৎত্রগা লৌশিংগী থিজিনবনা লাকশিনবা ওমই নৎত্রগা তৌহন্দবা ওমই। মী অমনা অসিগুম্বা গুন অনিগী চৈথেংদগী নাম্থোকপা ওমই অদুগা মান্নবা খল অমদা লেওদনা লৈবা ওমই। মী অমনা নোংমগী লেল্লিবা পুল্সিদা, শুরিবা থবকশিংদা মশানা চেকশিল্লবদি, খেন্নরিবা পুম্নমক্তা থুহনদ্রবদি, য়াওহন্দ্রবদি উপরতি ফংবা ওমই। মী অমনা ব্রাহ্মিন, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শুদ্র হায়না জাতি, কাওলুপ খায়রিবসিদা য়াওশিল্লোইদবনি, নৎত্রগা গোত্র, নৎত্রগা অঙাং-অহল খায়বদা নৎত্রগা নুপা-নুপী খায়বদা, য়াওরোইদবনি। মহাক্তা পুম্নমকসি থাদোকপদা মায় পাক্লবা মতমদা অমসুং আত্মাগী অওইবদুদা চেৎনা থাজদুনা লৈরবখক্তদা, মহাক তশেংনমক উপরতি ফংলবনি।

সংসার অসিদা সংসারগী মিৎয়েংনা সংসার অমগুম য়েংগনু। মসি আত্মাগী মিৎয়েংনা পরমাত্মাগী শক্তমনি হায়না য়েংউ। মিৎয়েং অদুনা নহাকপু তুমাগী চৈথেংগী সংসারদগী অমগী ওইবা লমদম অদুদা লানথোকপিগনি। অমা অদুবু ময়াম ওইনা থেংনবনি, মরমদি মীওইবনা মওং অমসুং মমিং কয়ামরুম মথক্তা থোনজিনবননি। মদু পুক্লিংনা মাগী মথৌ তৌরকপগী ফলনি। উপরতিনা নুংদা থিজিনবগী থবক, নিবৃত্তি তৌই, মপানগী থিজিনবগী থবক, প্রবৃত্তি তৌদে। নিবৃত্তিগী মায়কৈদা জ্ঞানগী লম্বী লৈ ; প্রবৃত্তিগী লম্বীদা কর্ম্মগী লম্বী লৈ।

বেদ-দা ইরিবা যজ্ঞ অমসুং আজা-পুজাগী শেংলবা থবকশিং অসিনা পোকপা অমসুং শিবগী অফা-অপুন অসিদগী নাম্থোকহন্দুনা মোক্ষ-অরান-খুভম ফংহনবা ওমদে। মখোয়না খওবা (Conciousness), চিং অদু খক্তবু শেংদোকপদা মতেং পাংই। অসুম্না হায়নৈ মদুদি মখোয়না মী অমবু শ্বর্গ ফাওবা থাঙ্গৎপি ; অদুবু, শ্বর্গসু অফা-অপুন্নফম অমনি। মদুনা মতম পুম্নমক্কি ওইবা লেওদ্রবা মনিং তম্বা অদু পীদে। (হায়বগী অর্থদি মী অদুগী কর্ম্মগী অফবা ফলদু চাবা লোয়রগা অমুক হন্না পোকপা, শিবগী চক্রদা তাই )। অচুম্ববু, অওইববু

খঙহল্লিবা মনিংতম্বদুদি, মশাগী অশেংবা, অওইবদুবু খঙহল্লিবা মনিংতম্বদুদি গুরুগী মরা তাবদনা, (শ্রবন) তারিবা ৱাফমদু মুন্না নৈনবনা, (মনন) অমসুং মদুগী কান্নবা অমসুং চৎনবা য়াবা নৎত্রগা য়াদবগী মরমদা খনবনা (নিদিধ্যাসন) ফংবা ঙমই। অপাম্বা থাদোক্লবা মীশিং অদুখক্তনা গুরুগী মফমদগী কান্নবা ফংগনি। অতৈনদি ফংলোই। মশানা তৌরিবা থবক্কি ফল ফংনিংলিবশিংনা মশাগী চিৎ-অদু শেংদোক্তি ফাওবা অদুম চৎথবা য়াই। অদুগী মতুংদগীদি মখোয়গী থবকশিংদু করিশু কান্নদ্রে। অদুনা, মী অমনা মতম পুম্নমক্তা মফম পুম্নমক শিন-থুংনা লৈরিবা আত্মাদু অপাম্বা-পামদবনচিংবা তুমাগী গুনগী চৈথেংনা শোক্তনবা নিংশিংদুনতা লৈগদবনি।

<u>তিতিক্ষ</u> <u>(Thithiksha)</u> : মরিশুবা গুন অদুনা তিতিক্ষনি। মসিদি খাঙবা কনবগী মিৎয়েং অদুনি ; অৱাবা অমসুং অমাঙ-অতা থোক্লবা মতমদা, অতোপ্পনা য়াম্না তৌহৈদবা অমসুং ফত্তবা থবক তৌরকলবা মতমদা, মশাদা মদুগী অৱা-নুংঙাইতবগী ৱাখল ফাওহন্দনা লৈবা অদুবুনি। তশেংবদি, গুন অসি লৈরবা মী অমনা য়াম্না নুংঙাইনা অমসুং মাশা ঈংথনা লৈ, মরমদি মহাক্লা খঙই মদুদি পুম্নমক অসি মানা তৌখিবা থবক্কি ফল ওইনা লাকপনি অমসুং মহাক্লা অদুগুম্বা অৱাবা তাহল্লরিবা কাংবু অদুবু মহাক্কি মরুপ ওইনা অমদি মাগীদমক খনবিবা মীতাশিং ওইনা লৌই। অদুগুম্বা মী অমনা তৌরক্লিবা থবক্তুগী খুৎ হন্দে নৎত্রগা মদুগীদমক মখোয়দা মাঙনবা ৱাখল খন্দে। অদুগুম্বা মী অদুনা শাফু পুম্নমক্তু য়াম্না খাঙবা কন্না অমসুং হরাওনা খাঙই।

কনাগুম্বা মী অমনা অতোপ্পা মী অমদা শোকহল্লবা মতমদা শোক্লিবা মীদু ওইনিংবা থাক্কি মী অমা ওইরবসু মহাক্লা মী অদুবু শোকহনবা হায়বসি মশানা তাবা থৌদোক্লি, মাঙনবা তৌরক্লগা মাঙনবা তৌখিবা, ইকায়বা পীরক্লগনা পাম্বে অমনা নৎত্রগা অমনা অমুক ইকায়বা পীখিবা। অদুবু, মসিদি প্রবৃত্তিগী লম্বীদা চৎপশিংগী মওং মতৌনি, মচাক্লা লোয়নবা খোঙথাংনি। নিবৃত্তিগী লম্বীদা, হায়বদি মশা শেংদোক্লবা নুংগী মিৎয়েংদা চৎলিবশিংদদি অসিগুম্বা খুৎহনবগী থবক্সি তৌদে।'অশোকপগী অশোকপনা, মাঙ-তাকপগী মাঙ-তাকহনবনা, নৎত্রগা ইকাইবগী ইকাইবা পীবনা তৌবশিংসিদি কর্ম্ম ফলগী পোৎলুমদা হাপকৎপখক্তনি, মদু তুংগী পুক্সিদা খাঙবা তাবনি অমসুং

লৌথোকখিবা তাবনি। পোৎলুম অদুবু আগামি (Aagaami) নৎত্রগা মথাং তাথরকপা কৌই। মী অমনা মানা খনখিবা, ঙাঙখিবা অমসুং তৌখিবা থবকশিংগী ফলশিং অদু মতমগী মতুংইন্না নোংমদি ফংদনা খক নাম্থোকপা ঙমদে। ফত্তববু ফত্তবনা হুনবনা কর্মগী অরুম্বদু খক হুম্থহনবা, য়াংহনবা ঙমদে, মদুনা থোইনদুম হেন্না লুমহনগনি। মদুনা খুদক্কিদি অব্বাবা কোকপা অমসুং পেনবা য়াই, অদুবু, মদুনা নুপা অদুবু মতুংদা শোয়দনা ব্রাহনগনি। মরম অদুনা, মী অমনা শোকহল্লকপদু অফবা থবক্কা হনখিগদবনি হায়না তিতিক্ষনা পাওতাক পীরি।

মী অমনা মশাদা চেনগদবা মঙাগুবা অফবা গুন অদু থাজবা (Sraddha) হায়বসিনি। থাজবা হায়বদি পুক্লিং অনি লোঙদনা শাস্ত্রদা অমসুং মদুদা ইরিবা শাজৎ-নিতিদা, আত্মাদা অমসুং গুরুদা লৈবা অদুবুনি। গুরুশিংসি পুজা তৌবদা মতিক চারবশিংনি। মখোয়না ঐখোয়দা পম্বুংফম য়ৌনবা লম্বী, শ্রেয়োর্মগ (Sreyomarga) উহনবি। শাস্ত্রশিংসি সংসারগী শান্তি অমসুং চাউখৎহন্নবগী অমদি মীওইবা জাতিগী আধ্যাত্মিক্কি খোঙজং মপুং ফাহন্নবগীদমক থমলম্বনি। মখোয়গী মিৎয়েংদা মসিগী চাউরবা আশা, পান্দম অসি লৈখি। মদু ফংনবা লম্বীদু মখোয়না (শাস্ত্রনা) তাকই। অদুনা, মী অমনা অসিগুম্বা শেংলবা শাস্ত্রদা, গুরুশিংদা অমসুং অহলশিংদা থাজবা থমগদবনি। গুরুশিং অদুনা, মখোয়গী মথৌ ওইনা, জীব পুম্নমক্তা লেঙদনা লৈরিবা আত্মা অমখক্তগী মরমদা মীয়ামদা পাওতাক পীগদবনি। থাজবা লৈবা মী অদুদি মসিগী জ্ঞান অসি ফংগনি। মখোয় মশামক্লা মদুদা চপচানা থাজবা লৈগদবনি অমসুং মদুগী থাজবদুগী মতুংইন্না শম্না-অমতংগী থৈদোক-থৈজিন তৌদনা লৈগদবনি, হিংগদবনি।

<u>সমাধান</u> <u>(SAMAADHAANA)</u> : তরুকশুবা গুন অদু সমাধান হায়বসিনি। শ্রাস্ত্রনা হায়রিবা ব্রাফমগা গুরুনা তাক্লিবা ব্রাফমগা অমতনি, করি অমতা খেন্নদে হায়বসিদা শুকহোং-হোংদনা থাজগদবনি। মতম পুম্নমক্তা, ফিভম পুম্নমক্তা মী অমগী লৌশিংসি-আত্মাদদা লৈগদবনি, পোৎথাগদবনি অমসুং আত্মাদগী লাইগী মপাওখোন লৌগদবনি। আধ্যাত্মিক্কি খুমাং চাউশিন্নিংলিবা সাধক অমনা অদুগুম্বা হোংদোক-হোংজিন লৈত্রবা জগৎকি মপু (Universal Conciousness) অদু খক্তদা পামশিনগদবনি, নুংশি-শনগদবনি। মহাক্লা তৌবা থবক পুম্নমক্কি পান্দমদি "ঈশ্বরগী নুংঙাইনবা" ওইগদবনি। মহাক্লা শাস্ত্রগী ব্রাফমদা, ফোংদোক্লবসু চপ-চানা থাজবা

থমগদববনি ; থবাই পানবা জীব পুম্নমকসি ঈশ্বরগী শরুক মচেৎ অমমম্নি। মসিগী থাজবসি চেকশিনহন্নবা অমসুং কনশিনহন্নবা, মী অমনা জীব পুম্নমকসি চপ মান্নে হায়না শোয়দনা য়েংগদববনি। মথক্কী তরুকশুবা সাধন-সমপত হায়না কৌবা মওং অসি, আধ্যাত্মিকি লানফমদা, খোঙজংদা মমল নাইদ্রবা লন-নি।

<u>মুমুক্ষুত্বম</u> <u>(Mumukshuthwam)</u> : অরান-খুভম পাম্বা ; মসিগী অপাম্বসি লনথুম লৈবদগী পোকপা য়ারোই নৎত্রগা শেল য়াম্না চঙনা হোৎনরকপনা ফংবা হৈ-শিংবনা য়ারোই। নৎত্রগা সমপতি য়াম্না লৈবনা নৎত্রগা ইচা-ইশু য়াম্বনা নৎত্রগা শাস্ত্রদা হায়রিবা আজা পুজা তৌবনা, নৎত্রগা দান তৌবনা য়ারোই, মরমদি মোক্ষ হায়বসিদি অপঙবা, অজ্ঞান অদুখক্তা জয় তৌরগা লাক্কদবনি। মী অমনা শাস্ত্র পুম্নমক য়াকাইহনবা য়াই ; অদুবু পুম্নমকসিনা নিঙতমহন্নবগী বোর অদুদি পীবা ঙমদে। মখোয়শিং অসিদি পুমথোই থোইবা জ্ঞান অদু ফংনিংবগী মহুত্তা কান্নবা অমসুং বোর ফংনিংবগী ব্রাখল চেল্লি। জ্ঞানগী লম্বীদা মায়পাকপা খক্তনা অরান খুভম পীগনি।

মী অমগী চাকলেন অমগীদমক চঙগদবা মচাক পুম্নমক লোইনা লৈবা য়াই, অদুবু, মৈ য়াওদ্রবদি মহাক্না করম্না থোংগনি ? মতৌ অদুগুম্না, আত্মা জ্ঞান য়াওদ্রবদি হায়বদি আত্মানা অওইবদুনি, তশেংবদুনি হায়বা জ্ঞান য়াওদ্রবদি মুক্তি ফংবা য়ারোই। অশেংবা তুরেলশিংনা ঈরুথোক্লগা মুক্তি ফংগনি হায়রবদি ঈশিংদা মপুল্লি চুপ্পা লৈবা ঙা অমসুং অতৈ মথবাই পানবা জীবশিং অসিগী মরাইবক্তি করি ওইবা তারে। চীংগী শুরুংদা চহি কয়া লৈবনা অরান খুভম ফংগনি হায়রবদি শুরুংদদা লৈবা উচিশিং অমসুং জঙ্গলদদা লৈবা শা-শিং অসিদি করি ফংগনি ? লম্বোইবশিংগী শাজেন্না মশা হিংনবগীদমক উরু অমসুং মনা-মশিং চাবনা অরান খুভম ফংগনি হায়রবদি উনা খক্তা চাবা হামেংশিং অমসুং মরু চানবা লৈবাক তৌথোক্লগা থিরিবা ওকশিং অসিসু মোক্ষ ফংগদ্রা ? হকচাং পুম্নমক উৎ তৈবসি লাইনিংবা লম্মোইবগী থবক্কি হায়দুনা তরাম্না লৌনৈ, অদু ওইরবদি উৎ মরক্তদা ওন-থোইরিবা হুইশিং অমসুং গধাশিং অসিসু মোক্ষ ফংবা য়াগদ্রা ? মসিগুম্বা থাজবা অমসুং শাজেলশিং অসি জ্ঞান লৈতবগী খুদম ঙাক্তনি। মী অমনা, জগৎ পুম্নমক্কি লেঙদ্রবা অওইবা, অশেংবা ওইরিবা আত্মা জ্ঞান অদু ফংননবা পুক্রিং চপ য়ুংশিনগদববনি।

অহানবা সুত্র অদুমক হৌখিবা অথ (Atha) হায়বা ৱাহৈদুগী অর্থসি "অদুগী মতুংদা" হায়বনি, অমসুং মসিনা হায়রিবসি ওইবা য়াবা পুম্নমক থিজিন্নবা মতুংদা, অসুম্না ফংলে মদুদি মসিদা য়াওরমলিবসি বিবেক, বৈরাগ্য, অফবা গুন তরুক অমসুং নিঙতম্বগী, অরান-খুভম ফংবগী অপাম্বা মরি অসি ফংবা ওইরমলে।

মথংগী ৱাহৈদুসু অতহ (Athah) নি, মসিগী ত (tha) অসি অথোৎপা, অয়াংবনি। অহানবগীদুনা শাফু খর পীবনি, অরুম্বনি। অতহ (Atha) হায়বদি "মরম অসিগীদমক" হায়বনি। করি মরমগীনো ? হায়বদু মরম অদুনা থিজিন্দুনা য়েংবা তাই। শাস্ত্রদা য়াওরিবা ৱাফমশিং য়েংশিনবনা, নৎত্রগা আজ্ঞা পুজা পাঙথোকপনা, নৎত্রগা মচাক্কি ওইবা পোৎশিংসি তম্বনা, নৎত্রগা অতোপ্পা মীনা পাঙথোকখিবা থবকশিং খুদুং ইনবগী থবক্লা পুমথোই থোইবা ব্রহমন্ অদুবু খঙবা ঙমদে। মরমদি পোৎশিং, মীশিং, পুজাশিং অমসুং থবকশিংদু ঙাইহাক্কি ওইবা শিংনি। মখোয় পুমথবা অমসুং মাঙ-তাকপা য়াবা ঙাক্তনি। পুম্নমক অদুনা পুক্নিংখক্তং শেংদোকপদা মতেং পাংবা ঙমই, মদুনা লোইরে। কর্ম্মনা মী অমবু অপঙবদগী মনিং তমহনবা ঙমদে নৎত্রগা অওইবদু ব্রহমন-নি হায়বসি খঙহনবা ঙমদে। জগৎ অসিগী হৌরকফম অমসুং ময়োল ওইরিবা ব্রাহমম্ অদুগী অঙকপশিং অসিগী মরমদা থিজিন্নবগী অধিকার অদু ফংনবগীদমক মী অমনা মসিগী অকক্নবা লৈবসি ভাব তাবা তাই।

মসিগী অহানবা সুত্র অসিমক্লা পাওতাক অমা কন্না শাফু পীরি : মহাক মশামক্লা ওইরিবা আত্মা অদুগী জ্ঞান ফংনবা মপুন্সি চুপ্না নিঙদুনা, হোৎনদুনা লৈরিবা মহাক অদুগী শেংলবা অফবা গুনশিং লৈগদবনি অমসুং মখোয়শিং অদুনা মাগী শাজৎ-নিতি শেমগদবনি অমসুং অমুক কায়হল্লরোইদবনি। মরমদি, ধর্ম্ম লৈবা লমচত্তগী লৌশিং-জ্ঞান অমতনা মথক থোংবা ঙমদে। তশেংনা হায়রবদি ধর্ম্ম লৈবা লমচত্তি শক্তিনি। অৱাংবা থাক্কি জ্ঞান ফংনবগীদমক মপুন্সি কৎথোক্তুনা লাক্লবশিংগীদমক্তদি অফবা লমচৎ হায়বসি থাদোকপা য়াদ্রবা মগুন অমনি। ধর্ম্ম খুদিংমক্লা মসিগী দরকার ওইবসিদা শাফু পী, মদু তঙাইফদবা ওইনা পীবা নত্তে, আধ্যাত্মিক পুন্সি মশামক্কি য়ুমফম ওইনা পীবনি। মসিগী পরিঙদা পুন্সি লেপ্লবসিংদু অমাঙবদা খক লাক্লরোই। মখোয়দি অশেংবা পুন্য ফংলগদবনি।

ধর্ম্ম লৈবা হায়বসি মীওইবগী নুংগী খণ্ডনবা শক্তি, চিৎ-শক্তি অসি থাক পুম্নমক্তা শেংদোক্লবগী য়াইদগী ফরবা উপাইনি, পাম্বৈনি। মরমদি মখোয়না মী অদুদা করি তৌবা তাবগে অমসুং মদু কমদৌনা তৌগদগে হায়বদু খঙহন্নবা ঈঙ্গিৎ পী, তাকই। মরাইবক ফরবা কাংবু অদুখক্তনা অফ-ফত্ত খন্দোকপদা থোইদোক হেন্দোকই হায়না দাবি তৌবা য়াই অমসুং অনিংবা অসিমক্তা মী অমবু মায়া অমসুং অকিবগী সংসার, (Bhava Sagara) অসিবু লানথোকপিবা ওমই। ধর্ম্ম লৈবা মীদি অরান-খুভম ফংলবশিংগী লমদমদা মফম অমা লৈ। মী অমনা তৌদবা য়াদদুদা থবক মখাক অমা তৌরবসু, মহাক্তা ধর্ম্ম লৈবা মী অমা ওইরবদি থবক অদুগী ফলনা মঙোন্দা করি অমত্তা শোকহন্দে। মহাক্তা পুমথোই থোইবা, চাংঙৌ নাইদ্রবা নুংঙাইবগী শক্তম ওইরিবা ব্রহমম্‌দা তিনজবা ওমই।

মী অমনা মখল-মথেলগী ওইবা বেদগী পুজা অমসুং যজ্ঞ-নচিংবা পাঙথোকলম্বা য়াই ; মহাক্তা মপূংফানা হৈরবা, মান্তর তৌরবা, শেংলবা লাইরিক কয়াগী মচাকশিংদু নিংথিনা শন্দোক্লা ফাওবা ঙাঙলম্বা য়াই ; মহাক লনথুম য়াম্না লৈবদগী অমসুং মহে-মরোং য়াম্না লৈবদগী য়াম্না চাউখৎপা মী অমা ওইরম্বা য়াই ; মহাক বেদশিং অমসুং মখোয়গা মরী লৈনবা লাইরিকশিং অর্থ চুম্না নিংথিনা তম্বিরম্বা য়াই ; অদুবু অসিগুম্বা মী অদুগী অচুম্বা লমচৎ লৈত্রবদি, য়াওদ্রবদি, ব্রহমম্ তম্বিরিবা নৎত্রগা তম্লিবা মফমশিংদা মখোয়গী চন্নফম লৈতে। মসিগী সুত্র অসিনা হায়রিবা পাওতাকসি মসিনি।

মরমদি, আধ্যাত্মিক্কি খুমাঙ চাউশিনবদা অসুক্কি মতিক তঙাইফদবা ওইরিবা পুক্নিং নে-তাবা, হায়বদি অকা-অকুম লৈতবা, হায়বসি বুদ্ধি অদু অপাম্বগী অমসুং য়াওশিল্লুবগী অম্মোৎপা পুম্নমক শেংদোক্লবা মতমদা ফংবা ওমই। অদুগুম্বা নে-তাবা অদু লৈত্রবদি বুদ্ধি অদুনা ব্রহমম্‌গী লম্বীরোমদা চঙশিনবা ঙমদে। করিগীনো ? ধর্ম্ম লৈবা হায়বা য়াহে অসি ঐখোয় ইশাগী অশেংবদু ওইরিবা আত্মাগী ইনশিনবগী মতুং ইল্লিবা, লৌশিং-জ্ঞান হায়বা অদুগী অতোপ্পা মমিং অমনি। অসিগুম্বা অফবা গুন লৈবা মীখক্তনা আত্মা হায়রিবা অচুম্বদু খঙবা ঙমই। অদুগা, অদুম্না খঙবদুবু অমুক্তং ফংপ্রবদি, মহাকপু মায়ানা নৎত্রগা অপাম্বনা অমুক হন্না ফাবা ঙমদ্রে ; মখোয়না মহাকপু অমুক হন্না শোকপা ঙমদ্রে।

অপাম্বা অমসুং পামলিবা পোত্তুগী মখা পোনবা অমসুং মখোয় অদুবু ফংনবা থৌরাং তৌবা হায়বসি মী অমগী মতৌনি, মী অদুদা য়াওরিবা থব্বাই নংত্ৰগা আত্মা অদুগী নত্তে। ঐ অমসুং ঐগী হায়বা ৱাখলশিং অদুগা অপাম-নুংশি অমসুং অশাওবা হায়বা ইথিলশিংসি 'হকচাং-পুক্লিং' হায়বা য়াম্না য়েংশিন্নরিবা ফিভম অসিদগী থোরকখিবনি। অসিগুম্বা চয়েংনরিবসি জয় তৌরবা অমসুং লংথোকপ্পবা মতমখক্তদা অশেংবা ধর্ম্ম লৈবগী গুন অদু থোরক্কনি অমসুং শক উংলক্কনি।

থবক অমা ইশানা তৌবনি, ইশানা নুংঙাইজবনি হায়বনচিংবা ৱাখলশিং অসিনা আত্মাদা শোকহনবগুম মানবা, উবা য়াই, অদুবু মখোয়দু আত্মাগী অশেংবা হৌনশাগী শরুকশিং, থৌওংশিং নত্তে। পোৎকী মমিশিং অদুনা মিংশেল অদুদা করি অমত্তা শোকহন্দে, মোৎশিনহন্দে। মিংশেল অদু হান্নগী মপোক্কি মখাক লৈহৌবা থবক খর পাঙথোকপা তারবসু, মদুনা মাগী হৌজিক লৈরিবা হৌনশা অমসুং থবকশিংদা মাঙহনবা ঙমদে। থব্বাই অদুগী মাগী শেংলবা লৈফম থোকপা গুনশিং অসিগা লোয়ননা মহাক মশা য়াম্না থিঙই।

অতিয়াদা ৱাংনা পাইবা উচেক অমনা মশা অনি দরকার লৈ ; পৃথিবীগী লৈমায়দা চৎপা নুপা অমনা মাঙলোমদা চঙশিন্নবা খোঙ অনি দরকার লৈ ; মোক্ষ-অরান-খুভম হায়বা নিঙতম্বগী লৈফম য়ুমজাওদু ফংনিংবা সাধক অমনা থাদোকপা, সংসারগী ওইবা অপাম্বশিং থাদোকপা অমসুং লৌশিং জ্ঞান হায়বদি আত্মা মশক খঙনিংবগী লৌশিং জ্ঞান হায়বসি চঙই। উচেক অমনা মশা অমখক্তনা অতিয়াদা পাইখৎপা ঙমলোই, ঙমগদ্রা ? মতৌ অদুগুমদুনা, মী অমনা থাদোকপা নংত্ৰগা লৌশিং জ্ঞান অমতমক লৈরবদি অথোইবা মশক ব্ৰহ্মম্ অদু ফংবা ঙমলোই। "ঐগী" হায়বা ৱাখল অসিনি লান্না নুংশিশন্নবা, ফাজিন্নবা মচাক ওইরিবসি। ঐগীনি হায়দুনা পামজরিবা পোৎশক অদুদা কয়া কুইনা নপশিন্দুনা লৈবা ঙমগদৌরিবনো ? নোংমদি মাগী লৈজবা পুম্নমক থাদোকপা তাবনি অমসুং মখুৎ হাঙনা থাদোকলম্বা তাবনি। মসি নাম্ব্রোকফম লৈত্রবা লাইবক অদুনি।

মী অমনা অসিগুম্বা ভাবনা মরী-মতা শাবগী থবক অমসুং মপানথোংগী পামশিনবগী থবক অসি মখোয়গী হৌনশাদু মুন্না কয়া থিজিন্নবা

মতুংদা য়ারিবমখৈ থুনা থাদোক্লবা হোৎনগদবনি। সংসার অসিনা ঐখোয়দা তম্বিরিবা থাদোকপা হায়বদু মসিনি। পামশিনবনা অকিবা অমসুং মদকাবা পোকহল্লি। শিংদবশিংখক্তনা সংসারগী অসিগুম্বা মিৎ-না-থকহনবসিদা য়াগনি। অশিংবা মীশিংনা অসিগুম্বা পোৎশক্কি অপাম্বশিং অসিনা চিরোন তৌবদা খক নোম্বদে। পুম্নমক ঙাইহাক - ঙাইহাক্কিনি, পুম্নমক তুংকোইদবনি, তুংকোইদবনি। অদুনা মখোয়না মতম পুম্নমক্কি চুমদুনতা লৈরবা, অচুম্বদু মশক খঙনবা থি, অমসুং আত্মানা মহুৎ শিল্লিবা লেঙদ্রবা অফবা গুন অদু থাদোক্তে। মখোয়শিং অসি ধর্ম্ম লৈবা অশেংবা মীশিংদুনি, ব্রহমম্ ফংবা য়ারবা মীওইশিংদুনি।

## জনমাদ্যস্য যতহ : (JANMAADYASYA JATHAH)

(" সংসার অসিগী পোকপা, শিবনচিংবা পুম্নমক্কী হৌরকফম তৎ")

শেম্বা, য়োকপা অমসুং মাঙহনবগী ওইবা মিৎনা উবা ঙম্বা সংসার অসিগী হৌরকফম ওইরিবা তৎ অদুবু ব্রহমম্-নি হায়না ঐখোয়না খঙগদবনি। মসিগী হোংদোক-হোংজিন নাইরিবা জগৎ অসি ব্রহমম্ হায়রিবা পোৎশক অদুদগী হৌরকপনি। মসি মতম পুম্নমক্তা মায়ানা কুপতুনা লৈরবসু ব্রাহমম্না শেম্নে য়োকই। মসি মমৈথংদা অমুক ব্রহমম্ মশাদা পুনখি, তিনখি। জগৎ অসিবু পুথোকনবা অমসুং নিয়ম নাইনা লৈহন্নবা, মথৌ তৌহন্নবা, কনাগুম্বা অমা লৈফম খোক্তা ? মথক্তা পনখিবা জগৎকি মওং, থাক -(Phases) অহুম অদুগী নুংগী অর্থদা পুম্নমক শিনথুংবা নিয়ম অমসুং পুম্নমক খঙবা ঙম্বা জ্ঞান লৈ হায়না খঙবদা নত্তনা, ভাব তাবা ঙমদবা নৎত্রগা অপঙবা অমসু লৈরি হায়বসি খঙবা ঙমই। অস্য -(Asya)- মসিগী হায়বদি মচাক মঙানা শাবা মিৎনা উবা ঙম্বা সংসার অসিগী, শেম্বা, য়োকপা অমসুং মাঙহনবা অসিনচিংবা; কনাদগী, (Yathah), ব্রহমম্ দগী।

জগৎ অসিগী হৌনশাগী মরমদা ঐখোয়না ফনা নিংথিনা খঙবা ঙমই। অদুবু মদু খঙনবগী ঐখোয়দা লৈরিবা খুৎলায়সি মিৎ-নি, নৎত্রনে ? মচাক্কি ওইবা বিজ্ঞান য়াম্না পুথোকপ্রে, অদুবু পুথোকপ্রিবা পুম্নমক্তু মীওইবগী পুক্লিংনা নৎত্রা ? মখোয়না পোৎশিংদু শন্দোক্লা তাকই অমসুং মচা তানা খাইদোক্লুনা নৈনৈ। অদুবু, মখোয় অদু হৌজিক লৈরিবা অসুম্না কয়া কুইনা লৈগনি ? মখোয়দু

মিকুপ খুদিংগী হোংদোক-হোংজিন তৌই। অদুবু, পোৎ পুম্নমকপু অসিগুম্বা হোংদোক-হোংজিন তৌবা অসিদগী অমতা নাম্থোকপা ঙমদ্রবসু ; পুম্নমক অসিনা করি অমতা শোকহনবা ঙমদবা অমা লৈরি হায়বসিদি ঐখোয়না খঙই। অদুগুম্বা হোংবা নাইদ্রবা নিয়ম অদুদা য়ুমফম ওইরগা মওং অহমদু উৎলিবনি, ফোঙলিবনি। ব্রহমম্ হায়বসি মদুগী নিয়মদুনি, লেঙদ্রবা য়ুমফমদুনি, হোংদ্রবদুনি, অমতা ওইবদুনি, সত্য-দুনি, অচুম্বদুনি।

মসিগী অচুম্বা ৱাফমসি য়াবদা মী অমনা চিংনবা য়াই অমসুং চিংনদুনা লৈবা য়াই, মরমদি লেঙদবা ব্রহমম্ অদুদি ঐখোয়না খঙবা, উবা ঙমদে অদুগা ঐখোয়না খঙলিবা, উরিবদি তত্তুনা মওং হোংদুনতা লৈরিবা মওংশিং, শক্তমশিং অমসুং মমিংশিং অদুতনি। নুপা অমনা অমম্বদা, অহিংদা উ অকংবা অমা উবা মতমদা করি তৌই অমুক্তা খল্লু ; মহাক্না মদু উবদা ভূত ওইরবোই নিংদুনা নৎত্রগা মওং তাদবা অঙকপা অমা ওইনা কি। অমা নৎত্রগা অমদু ওই হায়না মানা খল্লগসু, মদু অনিমক্তু অমতা নত্তে। অসুম্না লান্না খল্লুরিবগী মরমসি অমম্বদুনি, অমম্বদুনা পোৎশক অমদা অতোপ্পা ওইদবা অমা হাপচিল্লি। মতৌ অদুগুম্না, মায়ানা শন্দোকলিবা অমম্বসিনা নৎত্রগা লান্না উবসিনা অহানবা হৌরকফম ওইরিবা ব্রহমম্ অদুবু খুমজিল্লি অমসুং মশক খঙহন্দ্রে অমসুং জগৎ অসিবু খঙবা য়াবা, পোৎশক অমা ওইনা মাগী মথক্তা মায়খুম ওইনা খুমজিল্লে, ননশিল্লে। মসিগী অরানবা মিৎয়েং অসিবু জ্ঞান্না চুমথোকই অমসুং বিশ্ব-প্রেম ওইনা ওন্থোকপিরকই। ঐখোয়বু ঙসি মফম-মরাং খঙহন্দ্রিবা পৃথিবী অসিনা শরুক অমা ওইরিবা জগৎ অসিগী লেঙদ্রবা হৌরকফমদু, উকংনা ভূত ওইবগুম, ব্রহমম্ মশামক্না ওইরি।

অতোপ্পা খরনদি মচাক মঙানা শাবা জগৎ অসি ওইরকপগী মরমদি মশাগী লোয়নরকপা হৌনশানা, থৌদোক অমনা, মতমনা ওইরকখিবনি হায়রি। অদুবু মরম ময়ামদুগী মরক্তগী অমনা নৎত্রগা পুম্নমক্কি অপুনবনা মরম অদু ওইবা য়াদে। মরমদি, মখোয় পুম্নমক মথৱাই পান্দবা ঙাক্তনি, ৱাখল খনবা ঙমদবা ঙাক্তনি নৎত্রগা করিগুম্বা অমতং মশানা পায়খৎপা, হৌদোকপা ঙমদবা ঙাক্তনি। মখোয় মশা ফাওবা অৱা-নুংঙাইবা, পোকপা-শিবা অমসুং হৌরকপা অমসুং পুমথখিবনা পুন্দুনা লৈবা ঙাক্তনি। হৌরকফমনি হায়রিবা মরম

পুন্নমকসি করিগুম্বা অমগী মখা পোল্লি। অদুনা মখোয়সি মরমদুনি হায়না লৌবা য়াদে, নংত্রগা জগৎকি হৌরকফম্নি হায়না য়াবা ঙমদে।

মসিগী সুত্র অসি- (জনমাদ্যস্য যতহ) হৌজিক ওইরিবা পুন্নমক, ওইরকখিবা পুন্নমক অমসুং ওইরক্কদবা পুন্নমক অদুগী তশেং-তশেংবা য়ুমফম অদু করিনো হায়বদু পুথোক্লবনি, খঙনবনি। সুত্র অসিনা মবুংঙোবু (Being) জগৎসি ওইনা অমসুং বিশ্ব অসিগী নিয়ম নাইবা শাজৎ ওইনা (Orderly Behaviour) উহন্নবগী মরম ওইরিবা পুমথোই থোইবা মহৎতত্ত্ব অদুবু খঙহল্লি। ফিজিকসনা মচাকশিং অসিগী মরমদা থিজিনবা ঙমই অমসুং মদু কমদৌনা শেম্বনো হায়বদু শন্দোক্লা তাকপা ঙমই ; অদুবু, মসি করিগী অসুম্না লেল্লিবনো হায়বদুদি থিজিনবা অমসুং পুথোকপা ঙমদে। তশেংনমক ফল নংত্রগা থৌদোক খুদিংমক্কি মরম অমমমদি লৈগদবনি। শ্বাইদগী পিকপা এতোম্না নংত্রগা মশাদুনা নংত্রগা অনিসি য়াওদবনা ওইরকপগী মরমদুনি হায়না লৌবা য়াদে। সৎ হায়রিবা ওইরিবদো (the Being), থৌবু অমসুং পোৎশক (Subject and Object), খঙলিবা মী (Cogniser) অমসুং খঙলবা পোৎ (Cognised) অদুগী ৱাংমদা লৈগদবনি। অদুবু, ঐখোয়না সৎ নংত্রগা ব্রহমম্ অদু খাইদোরকপা মতমদা, ময়ামগী চৎনরিবা লোন্দাদা শেম্বিরিবা মপু, (Creater) ইবুংঙো (Lord), ঈশ্বর (Providence, God) অমসুং ব্রহমম্ হায়বা ৱাহৈশিংসি তঙাইফদনা শিজিন্নবা তারকই।

জগৎ অসিগী মিৎয়েংদগী করিনা মরম (cause) অমসুং ফল (effect) ওইখিবনো হায়না থিজিন্দুনা য়েংবা মতমদা ঐখোয়না ৱারোইশিন অমা ফংলে মদুদি ঈশ্বরনা ওইরক্লবগী, থোরক্লবগী মরমদুনি, অমসুং জগৎ অসিনা ফলদুনি। ঐখোয়না আত্মা অমসুং আত্মা নত্তবসিগী খেৎনবসি থাদোক্ল বদি, কাওথোক্লবদি, লানথোক্লবদি (transcend) খঙই মদুদি মসি পুন্নমক পুমশেং শেংবদুনি (Pure Conciousness) নংত্রগা ব্রহমম্দুনি অমসুং মসিনা অহানবা অমসুং মখা তারকপা মচাকশিং অনিমক্তুনি। হায়বদি মসি শ্বাইগী মকোক্তুনি নংত্রগা শ্বাইদগী হানবা খঙবদুনি। মদুনা ব্রহমম্ অমসুং জগৎ অনিবু য়াকাইহল্লি অমসুং জগৎ অসিবু ব্রহমম্দা তিলহল্লি। অমনা অমদগী হৌরকপনি হায়না লাম্না উহল্লিবদু মায়ানা থোকহনবনি।

জগৎ অসি ওইরক্লবগী, থোরক্লবগী মরমসি মায়া অমসুং ব্রহমম্ অনিসিনি হায়না য়েৎপা মীওইশিং লৈরি। অদুবু, খর অমনদি মায়া খক্তনা মদুগী মপুং ওইবা মরম্লি হায়রি।

অতোপ্পা খর অমনা অমুক জগৎ অসিদি বিষ্ণুগী শকফোংনি হায়রি অমসুং মসিনা ওইরিবসি বিষ্ণু মশাদা ওইবনি হায়রি। মখোয়না লাওথোক্লি মদুদি জগৎ অসি থোরকপা, হিংহনবা অমসুং লুপশিনবা পুম্নমকসি বিষ্ণুনা তৌহনবনি।

থাঙ্গেশেংবমক্তি, জগৎতা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক শেম্বিবা অমা য়াওদনা অমতা ওইবা য়ারোই। অদু ওইরবদি, জগৎ অসি শেম্বিবা মহাক অদুগী হৌনশা কমদৌরমগনি ? মহাক্কি মপান নাইদবা শক্তি, সিমানা লৈতবা মতিক-মগুন অমসুং পুম্নমক মপুং ফানা খঙবগী জ্ঞান শোয়দনা লৈগদবনি। অদুগুম্বা থৌদোক অদো মপুং ফাহনবনা মীপুম খুদিংমক্কী পুন্সিগী পান্দম ওইরবসু, মীপুম খুদিংমক্তা মদু খঙবা, উবা, হায়বসি ওইথোক্তে। অদুম ওইনমক, ততস্থ (Thatastha) অমসুং শ্বরুপ (Swarupa) হায়বা মওং অনিসিনা পুক্লিংদা ফাওহনবা অমসুং চেংশিনহম্বদি ঙমই। ততস্থ হায়বদি ঙাইহক্কি অকক্লবা মতমগী উৎপা হায়বনি। মদুনা অচুম্বা ফিভমদু, নৎত্রগা অওইবদু পীবা ঙমদে। মসিনা তোইনা খুদম অমসুং হায়ফেৎ উৎপদমক ঙমই। শ্বরুপ হায়বদি অওইবদুমক চপচানা মপুংফানা উবা অদুবুনি । মসিদি নুংদা য়েংবগী লৌশিং জ্ঞান অদু ঙানথোকপগী ফলনি। মসিনা মফম পুম্নমক্তা শিন থুংনা লৈরিবা, পুম্নমকসিবু কানথোকপা, লানথোকপা (Transcend) ঙমলিবা, সিমানা লৈতবা, পুম্নমক্কি হৌরকফম অদুবু খঙহল্লি।

জগত্তা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক্কি মগুন মঙা লৈ ; অস্তি (Asthi), ভতি (Bhathi) প্রিয়ম্, রুপম অমসুং নামম্। অস্তি হায়বদি 'ওইবা'। অদুনা 'ওইবা' হায়বসি লৈরিবা পুম্নমকসিগী মওংনি। ভতি হায়বদি ঙানবা, মঙাল থোকপা। পোৎ অমবু ঐখোয়দা খঙহল্লিবসি পোৎ অদুনা ঙানবননি ; মদুনা ঐখোয়গী খঙবা ঙম্বগী শক্তি-চিৎ (Conciousness) অদুদা চঙনবগী শক্তি লৈ। অদুদগী, প্রিয়ম হায়বা ঝাহেসি লৈরে। খুদিংমক অসি শিজিন্নবগী নৎত্রগা মদুদগী কান্নবগী মশক ওই, মরম অদুনা মদুবু নুংশিবা, চিংশিনবগুম্বা, ওইরকই ; পাম্বা হায়বসি

প্রিয়মগী অর্থনি। অতোপ্পা মগুন অনিদুদি রুপম্ অমসুং নামম্ অসিনি। মখোয় অদুদি মশক হোংই অমসুং হোংহনবা য়াই। পোৎ পুম্নমক মওং অমা নৎত্রগা অমদা ওম্থোকপগুম তৌই অমসুং তোয়না হান্নগী মওং অদুদা অমুক তারকই। মখোয়দু মতম পুম্নমক্তা মশাগী অহানবা মগুন অহমদু লৈরিবা মশাগী অশেংবা শক্তমদুদা চুম্নতা হোংবা মানবতনি। মমিং অমসুং মওং অদুদি মশাগী তশেংনা 'ওইরিবা', 'মঙাল' অমসুং 'নুংঙাইবা' হায়বা য়ুমফম অদুগী মথক্তা ননশিনবনি। ঈশ্বরদুনা য়ুমফমদুনি, ঈশ্বরগী অনিঙবদুনা মথক্তা শাগৎলিবদুনি। জপমালা অমগী মরুদি ময়াম্নি অদুবু পুম্নমক্তু ফাওরগা পরেং ওইনা শম্নহল্লিবা লংগুং অদুদি অমতনি। মতৌ অসুম্না, থবাই পানবা জীব পুম্নমক্কি ওইরিবা সংসার অসিগী য়ুমফমদি ঈশ্বর হায়বা লেঙদ্রবা, মতম পুম্নমক্কি ওইনা লৈরবা, মফম পুম্নমক শিনথুংনা লৈবা, পরব্রহ্ম ওইরিবা, পুমথোই থোইবা ঈশ্বর শক্তি, চিৎ ওইরিবা (Supreme Divine Conciousness) মঙোন্দা য়ুমফম ওইবনি। 'সোহম' - 'মহাক ঐনি', 'ঐহাক তৎনি' হায়বা মশানা চুমজরবা ৱাফমশিং অসিনা মমিং অমসুং মওংনা তোঙান-তোঙাল্লবা ময়ামশিং অসি ফাওবা, তশেংনমক ঈশ্বর মশামক্কি হায়না উৎলি। মরম অসিদগীনি বেদ-দা লাওরিবসি- "ব্রহমম্ মশক খঙবা মহাক অদু মশামক ব্রহমম্ ওইরকই"। মসিগী খঙলকপসি অওইবদুমক খঙলকপদুনি।

ঈশিংদগী পোকপা কোঙ্গোল অদু ঈশিং মথক্তা অদুম তাওই অমসুং ঈশিং অদুগা মশা অমতা ওইনবা পোকখাই। সংসারগী মিৎনা উরিবা পোৎ পুম্নমকসি ব্রহমম্ হায়রিবা চাংজৌ নাইদ্রবা ঈশ্বর হায়বা সমুদ্র অদুদগী থোরকপা কোঙ্গোনগুম্বনি। মখোয় ঈশিং মথক্তা লৈ, অমসুং ঈশিংনা হিংহল্লি। অদু নৎত্রবদি মখোয় কমদৌনা থোরকপা অমসুং লৈবা ঙমগনি ? মমৈথংদা, মখোয় ঈশিংদা তিনখি অমসুং ঈশিং মশাদা মাঙখি। মখোয় থোরকপা, হিংবা অমসুং লুপশিনখিবা য়ানবগীদমক মখোয় ঈশিংখক্তগী মখা পোল্লি। ঈশিংদি অমতনি, কোঙ্গোনদি য়ামই। ঈশিংদি অওইবনি, কোঙ্গোনশিংদি শকউত্তনি। ঈশিংনা য়ুমফম্নি ; কোঙ্গোনশিং অদুনা ঈশিং অদুমক্কি মঙোন্দা (ঈশিংদা) উপশিনবা ননশিনবা মায়াগী মওংশিংদুনি।

অসিগুম্বা অঙকপগী শকউৎ, শকফোং অসিদা মী অমনা ঙকই। অদুবু, মতম কুইরবগী মমাংদা, অহাঙবা অসিগী লাপখ্রবা মতায়দা, প্রকৃতিগী লেঙবা

ঙমদবা, মথৱাই পান্দবা ময়ামসিগী মরক্তগী পুন্সিগী অঙকপসি থোরকখি অমসুং নুপাশিং অমসুং লাইনুপাশিং পোকলকখি। মসি পুম্নমক্তা খঙবা অমসুং খঙবা য়াবা ৱাফম্নি। অদুবু, অনেন্দ্বা অদুনা অৱাংবগী মরম ওইবা ঙন্না ? অনেন্দ্বদুদি অনেন্দ্বখক্তগী মরম ওইবা য়াই। ঐখোয়না মসি ফাওবদি হায়বা ঙমই মদুদি মথৱাই পান্দবশিংসে য়াগে হায়না য়ারবদা হকচাংগীসু শরুক অমা ওইরিবা পুক্নিংগী মরমদি ওইবা য়াই, অদুবু, মথক্তা হায়প্রবা গুন মঙাদু য়াওবা খুৎশেম পুম্নমক্কি মরমদি ঈশ্বরগী অনিংবখক্তনা ওইবা ঙমই। কমদৌনা অসুক্কি মতিক চনৈনরিবা পুক্নিং অসি থোরকখিবনো অমসুং লেঙদনা লৈপ্রিবনো হায়বসি কনা অমতনা শন্দোক্না তাকপা ঙমদ্রি।

জগৎ অসিগী থৌদোক পুম্নমকসি করিগুম্বা নিয়ম অমসুং মওং খর-ঙাকই হায়বসি ৱাহৈনা ভাবনা শাগৎপা ৱাফম্নি। অদুবু মসি মতম পুম্নমক্তা মাশানা তাবা ওইনা লৈতে, অদুবু ফিজিকসনদি মসি ওইথোকপা য়াই হায়না প্রমান তৌনবা হোৎনরি। অহানবা সুত্র অদুমক্না ব্রহমন্ কৌবা জগৎকি অথোইবা, মকোক অদুবু উৎলি। অনিশুবা সুত্রনা ব্রহমন্ মশামক অদুবু অতোপ্পা শক্লোন অমদা শন্দোক্না তাক্লি। অহানবদুনা অচুম্বদুবু, জ্ঞান্দুবু, অমসুং মনিংতম্বদুবু (সত্যম, জ্ঞানম অমসুং স্বতন্ত্র) তাক্লি। অনিশুবা সুত্রনা ব্রহমন্ অদুগী শেম্বা-শাবা শক্তিগী মায়কৈদা তাকলি অমসুং মদুগী শেম্বগী মওংদুসু ঐখোয়গী জগৎ অসিখক্তগী ওইবা য়ারোই হায়রি।

পোৎশক্ খুদিংমক্কি মশাগী ওইবা ধর্ম্ম, নৎত্রগা লোয়নরকপা তোপ-তোপ্পগুন, নৎত্রগা লন্নাই শক্তম নৎত্রগা নুংশিবগী মওং-মতৌশিং, ফিভমশিং লৈজে। মসিগী নিয়ম অসি নাপী মকা অমদগীনা থৱানমিচাক ফাওবদা চপ মান্নে। জগৎ অসি মহি লাঙবা পোৎশক্তগী ওইবা মরক ততবা, ঈশম-শম্নবা পোৎ নত্তে। মসি লেপ্পা লৈতনা মগুন্দা অমসুং মওং-মতৌদা মপুং ফানবা চঙশিল্লি। মীসু মশানা হোৎনজরগা অমসুং অফ-ফত্ত খন্দোকপগী জ্ঞান শিজিন্নরগা হৌজিক লৈরিবা থাক অসিদগী হোংদোকপা ঙমই । জগৎ অসিবু অফবা গুনগী মায়কৈদা মপুং ফাহন্নবা চঙশিলহল্লিবা শাজৎকি শক্তি অদুনা ঐখোয়গী মায় পাকপদা শোয়দনা তেংবাংগনি। অদুবু, মী হায়বসি অসিগুম্বা খুদোংচাবসি লৌদুনা মশাগী থাক ৱাংখৎহনগদবদা পুম্নমক শিন থুংনা লৈরিবা

মায়াদা পুংলুপ লুপতুনা লৈরে। মহাক্লা সংসার অসিদা শান্তি অমসুং নুংশি চান্ননা লৈনবগী লম্বী অদু খঙদ্রে। মহাক্লা অফবদা লৈবা অমসুং ফত্তবা থাদোকপা ঙমদ্রে। মহাক মশামক ধর্ম্মগী ওইবা লম্বীদা চৎচবা ঙমদ্রে।

"তৎ" - হায়বদি অচৎ-চত্তগী পোৎশক ময়াম অসিগা লোয়ননা উৎলিবা জগৎ অসিগী হৌরকফম হায়বনি। "তৎ" হায়বদি মমৈথংদা মখোয় পুম্নমক্কি তিম্নফমদুবুনি,- "তৎ" অসিবু ব্রহমম্নি হায়না খঙউ।

তৈতিরিয় (Taithiriya) উপনিষদনা হায়রি : "মদুদগী মখোয় পুম্নমক হৌরকপা অমসুং মদুদা মখোয় পুম্নমক তুমশিনবা - মদু ব্রহমম্ নি। ব্রহমম্ বু মতৌ অসুম্না থাজবা অদ্বৈতবাদশিংগী মনুংদা জগৎ অসি হৌরকখিবগী মরমদা য়াম্না মোত খেন্নবা অমসুং শাথীনা য়েংনবা কয়া লৈরি। খরনা হায়রি ব্রহমম্-না জগৎ অসি থোরকপগী মরম্নি ;অদুগা খর অমনা মসি মায়ানা থোকহনবনি নৎত্রগা মায়াগী লীলানি হায়রি ; অতোপ্পা কাংবু অমনদি মসি ব্রহমম্ অমসুং মায়া অনিগী থবক্লা থোকহনবনি হায়রি। অতোপ্পা খর অমনা অমুক মসি বিষ্ণুদগী থোরকপনি অমসুং বিষ্ণুদা তিনবনি হায়রি। মসি বিষ্ণুখক্তনা কনবিবনি। খর অমনা হায়রি মদুদি ব্রহমম্গী মরমদা হায়রিবা ব্রাফমশিংসি জগৎ অসিগী মরুমদা লৈরিবা ততস্থ লক্ষন অদু খঙনবগী হায়ফেত্তং লংলা-লংজিন উৎপনি। ব্রহমম্ অসিগী মপান নায়দ্রবা শকলোনশিং অমসুং পাঙ্গলশিং লৈ অমসুং মদুনা শেমহল্লি, শেমলিবদু য়োকহল্লি অমসুং মদু মশাদা অমুক চিংশিল্লি ........। মসিগুম্বশিং অসি ব্রহমম্ করিনো হায়বদু ভাবনা শাবা য়ানবগী লংলা লংজিনশিংদুনি।

পুক্লিং হায়বসিনা শেমলিবা অসিগী মরম্নি হায়না থাজবা কাংলুপ অমসু লৈরি ; মরমদি মচাক অমসুং পোৎচাক মঙাদু পুক্লিংনা পুথোকপা ইচম চম্বা শকফম ঙাক্তনি অমসুং পুক্লিং হায়বসিমক মথৱাই পান্দবা প্রকৃতিদগী শক ওম্থোরকপনি। পুক্লিংনা কমদৌনা থবক তৌবগে হায়বসি শন্দোক্লা হায়বা ঙমদে। পুমথোই থোইবা অখণ্ডবা (Supreme Conciousness) অমা লৈ অমসুং মদুনা খুৎশেম অসি থোকহনবনি। পুম্নমক অসি ব্রাখল খনবা ঙম্বা তোঙান-তোঙানবা মীওইশিংনা মাগী মাগী লৌশিং জ্ঞানগী মতুংইন্না ভাবনা শাগৎপা ব্রাফম ঙাক্তনি।

বিজ্ঞানিকশিংনা মানা মানা নিঙবা মায়কৈদা থিজিন্নখ্রে অমসুং তোঙান-তোঙানবা ব্রারোইশিন কয়া পুরকখ্রে। মখোয়না শন্দোক্লা হায়রি মদুদি

'মতম' হায়বসিনা জগৎ অসি ওইরক্লবগী মরমনি অমসুং মতম্মা মসিবু য়োকই অমসুং পুনশিনবা, থুগাইবগী থবক্লা মশাদা অমুক চিংশিল্লি। অদুনা, মসিবু খুদুম চল্লিবা 'মতম' হায়বদুগী ফল ঙাক্তনি। খর অমনা খোঙচৎ পুম্নমকসি পোৎশিং অসিগী মশাগী লোয়নজরকপা নুংগী হৌনশা অমসুং মসিগী ফোংদোক্লিংবগী অনিংবা, অপাম্বা অদুননি হায়রি। পোৎশক খুদিংমক্লা মশা মশাগী অশেংবা শক্তমদু মশাগী মওংদা অমসুং মতমগী মনুংদা শক উংলি। খুদম ওইনা, হৈনৌ মরু অমা থারবদি হৈনৌ পাম্বী ওইনতা হৌই। কৈ অমগী গর্ভদগী কৈ মচা খক্তা থোরকই, হামেং মচা অমতা থোরক্তে। অসুম্না ঐখোয়না ফংলে মদুদি য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা জগৎ অসি কমদৌনা শেমখিবগে হায়বসিগী মতাংদা তোঙান-তোঙানবা য়েৎনবা মোত কয়া পুথোক্লখি। অদু ওইদুনসু খুদিংমক চপচানা মরম পীবদি অমতা ঙমখিদে।

জগৎ অসিমক ওম্থোক্লা ফজপ্পবা অঙকপা অমনি, মতম পুম্নমক্তা ঙকনিংঙাইগী হৌরকফমনি। ওইনিংবা মী অমা ওইরবসু, মঙোন্দা পুমথোই থোইবা অঙকপা ব্রাখলগী মমি তাহন্দবা ঙমলোই। করিগুম্বা পোৎ অমা শাবা তারবদা, ঐখোয়না খঙই, মদুদি নুপা অদুগী হৈ-শিংবা, লৌশিং, শক্তি লৈগদবনি। শাগদবা মী য়াওদনা করিগুম্বা অমত্তা শাবা ঙমদে। মরম অদুনা, ঐখোয়না উরিবা পোৎ ময়ামসে - নুমিৎ, থা, থব্রানমিচাকশিং, মখোয়গী চবুন-চবুন লৈরিবশিং মখোয়গী অরংবা মঙাল, খোঙচৎ, পুম্নমক অসিবু পুথোকপা অমসুং অশাবা অমা য়াওদনা কমদৌনা তৌরিবনো ? ইচম-চম্বা শক্তি অমনা মখোয়শিং অসিবু ঙমগদ্রা ? ঙমলোই। পুথোক্লিবা পোৎশকশিং অসি উরগা অমদি শাপ্লিবশিংসি উরগা শেমপ্লিবা মশামক্তি শক্তিসি কয়াদা ওনবা ঙম্নরোইদবা থাক্তা লৈরমগবা হায়বসি জ্ঞান লৈবা মীশিংনা য়াম্না লায়না খঙবা ঙমগনি।

খুৎশেম অসিদা লৈরিবা তোঙান-তোঙানবা অঙকপশিংসি য়েংউ। পোৎ অমগা অতোপ্পা পোৎ অমগা মান্নদে, মী অমগা অতোপ্পা মী অমগা মান্নদে। মসি সিমানা লৈতবা শক্তি - ঈশ্বরগী লীলা নৎত্রগা শান্নবা খক্তা ওইবা য়াই। মসি শক্তি ব্রাৎপা অমদগীদি পুম্নমকসিগী হৌরকফম ওইবা য়ারোই হায়বসি মী অমনা হেক্তা ভাব তাবা ঙমগনি। খুৎশেম অসিদা লোয়নরিবা অঙকপশিং অসি উরগা মসি খ্বাইদগী চাউবা শক্তি অদুনা শেমখ্রবনি হায়বসি

মী অমনা য়াম্না লায়না খঙবা ঙমই। শেমগ্রবশিং অসিগী অঙকপশিংদু খঙবা ঙমদবা কাংবুশিং অদুনা শেমলিবা মহাক্তুগী হৌনশাদি খঙবা খক ঙম্নরোই।

খুৎশেম নৎত্রগা জগৎ অসি ব্রহমন্গী মশাদা য়াওজবা অনিঙবা অদু উৎথোকপদনি। পুম্নমক অসি ঈশ্বরগী সংকল্পনি, অনিঙবনি, থৌরাংনি। মথক্তা পনখিবা ভাবনা শাগৎপা কাংবুশিংদু মখোয়গী মতম মাঙহনবা খক্তনি ; চক্রি পংয়েৎ য়েৎনবদু কান্নদবা থবক ঙাক্তনি। নৎত্রগা মখোয়দু হৈবা-শিংবা উৎনিংবগী মতৌনি হায়বা য়াই নৎত্রগা অহৈবশিংগী কোক্কি মলয়ুধ তৌনবনি হায়বা য়াই। মখোয়গী ঝাফমশিংদুনা পুক্লিং য়াম্না শেংলবশিংগী অমসুং চিৎ-শক্তি য়াম্না শেংদোক্লবশিংগী অপাম্বদু পীবা, পেলহনবা ঙমদে। পুম্নমকসি ঈশ্বরগী অনিঙবনা থোকহনবনি - মসি ঈশ্বর য়াবা কাংবুগী চেৎনা থাজবা ঝাখলনি। মী খুদিংমক্লা মানা মানা খঙজবা থাক অদুগী মতুংইন্না লেপচবা ঙাক্তনি ; সুত্রশিংনা মসিগী তোঙান-তোঙানবা মোতশিংসি পল্লি অদুগা চৎনবা য়াবা, য়াদবদু নৈনৈ। নোংথক্তা পাইরিবা উচেকশিংনা মশাগী মশাদু শিজিন্নবা ঙম্বা চাংগী মতুংইন্না ঝাংখৎপা ঙমই। মতৌ অসুম্না, অসিগুম্বা ঝাখল খনবশিং অসিনা মখোয়দা লৈবা থাজবা অমসুং লৌশিং অদুগী মতুংইন্না জগৎ অসি কমদৌনা শেমখিবা, লৈরিবা অমসুং তুমখিগদৌরিবা হায়বদুগী মরমদা মশা মশাগী মোত পীরম্বতনি।

অদুবু, কনাগুম্বা অমনা থিজিল্লিবা ঝাফম অসিদা প্রমান ওইনা নৎত্রগা খুদম ওইনা লৌবা য়াবা হায়ববু য়াম্নবদা ওইথোকপা য়াবা মওং ততস্থ-লক্ষন অদুখক্তনি। অসিগুম্বা মওং মতৌশিং অসিনা ঐখোয়বু য়াম্না থাজহনবদি ঙমদে। তশেং-তশেংবা মওং মতৌশিং শ্বরুপ লক্ষন অদুখক্তনা অচুম্বদু খঙহনবা ঙমই। মখোয় অদুদি সত্যম, জ্ঞানম, অনন্তম - অচুম্বা, জ্ঞান অমসুং ঙমখৈ লৈতবা অসিনি। ব্রহমম্গী তশেং-তশেংবা হৌনশাদি "অচুম্বনি", "লেঙদ্রবা অওইবদুনি"। মসিদি জগৎ খঙবা জ্ঞান অদুনি। মসিদি মতম পুম্নমক্কিনি, মতম অমসুং অহাঙবা অসিগী ঝাংমদা লৈবনি। অদুগা, হায়রিবশিংসি জগৎ অসিদা লৈরিবা মথৱাই পানবা, পান্দবা পোৎ খুদিংমক্তা লেঙদনা লৈবনি।

ওইবা য়াই হায়বা প্রমানশিং অসিদি মতম খরতগী ওইবা খুদমশিংনি, মসিনা কনাগুম্বা অমনা মানা পাম্বা মী নৎত্রগা পোৎ অমবু শক তাকপা য়াই।

খুদম ওইনা, থা অসিনা অতিয়াদা হায়ফেত্তং মচেৎ শারকপদা মী অমনা মদু উনিংলবদি, মী অমনা খুদোনবি থিল্লগা তাকই ; নৎত্রগা কনাগুম্বা অমনা অখন্নবা থব্বানমিচাক অমা য়েংনিংবা মতমদা মী অমনা হায়, “আদা, উশা অসিগী হেক মথক্তা”। থা অদু য়াম্না লাপই অমসুং থব্বানমিচাক অদুনা অমুক্কা হেন্না লাপই। মী অমনা অপাম্বদু হেক ফোংদোকপা তানজাদুদদি, মদু উশা অদুগী হেক মথক্তা উবা ঙমই, অদুবু মদুদি ঙাইহক্কি ওইবা লৈফম্নি। থুনমক লৈফমদু হোংলে। খুদোনবিদু হৌজিক্তি চুমদ্রে, মরমদি থব্বানমিচাক নৎত্রগা থাদুনা অতিয়াদা চৎলি।

অশেংবা মওং-মতৌশিংদি, স্বরুপ লক্ষন-দি খক হোংদোক হোংজিন তৌদে। মাদি পুম্নমক্তা লৈ। মওংদি হোংবা য়াই, মমিংসু হোংবা য়াই। মতমসু হোংবা য়াই ; কল্লুবা মফমসু হোংবা য়াই। অদুবু, অচুম্বগী ময়োল অদুদি, স্বরুপ লক্ষন অদুদি হোংলোই। মদুগী ময়োল অদুবু বেদান্তগী লাইরিকশিংদা অস্তি, ভতি অমসুং প্রিয়ম হায়না খঙনৈ। অস্তি হায়বদি ওইবা, মসি লৈ। লৈবা হায়বসি হোংবা য়াই, অদুবু ওইবা হায়বদুদি অশেংবনি। মশাগী হৌনশাগী মওং-মতৌশিং অদুনা হায়বদি মঙালনা, অরংবদুনা, ঐখোয়বু চিংশিনবা ঙম্বা শক্তিদুনা মশা লৈ হায়বসি ঐখোয়দা খঙহল্লি অমসুং ঐখোয়দা জ্ঞানদু পী - ভতি। ঐখোয়না মদুবু খঙবা ঙমই, মরমদি মাগী মঙাল - ভতি - লৈ ; ঐখোয়না খঙলিবা পোৎ পুম্নমক্কি মসিগী মশাগী ওইবা মওং মতৌসি লৈ। পোৎশক খুদিংমক্কি নুংশিবগী, পাম্বগী, ঐখোয়বু পামহন্নবগী, নুংশিহন্নবগী শক্তি লৈ, প্রিয়ম-লৈ, মদু কান্নগদৌবা অদুগী ফলননি।

মথক্কি অহুমসিগী অপুনবদুনা ঈশ্বরগী হৌনশানি। অহুম অসিদা য়ুমফম ওইরগা পুক্লিংনা মওং কয়া শাগৎলি অমসুং মমিংশিং লৈরকই। অদুবু, মওংশিং অমসুং মমিংশিং অদুদি হোংদোক হোংজিন তৌই। মরম অদুনা মখোয় অদুবু মায়াগা মরী লৈনবা অওইবশিং কৌই, অশেংবা অচুম্বদুগী মথক্তা মতম খরগী ওইনা ননশিনবনি। পরমাত্মা হায়রিবা অচৌবা থব্বাই অদুগী মথক্তা মওং অমসুং মনিংগা লোয়ননা পুম্নমক ননশিনবনি। অওইবা অদুগী মথক্তা মমিং অমসুং মওং কয়া উরিবসি মায়াগী থবক্কনি।

ব্রহমন্-দা য়ূমফম ওইরগা শাগৎল্লিবা মমিং অমসুং মওংশিং অসিদি মখোয়গী থোরকফম অমসুং লুপশিনফম ওইরিবা অচুম্বদু লৈ হায়বা উৎপা খুদমশিংনি। ব্রহমনদি মাগী লেঙদবা মতিক মগুনশিং, শ্বরুপ-জ্ঞানশিং অদু খণ্ডলবা মতমদতা খঙবা ঙমগনি। ব্রহমন্ অসিবু অমুক্তং খঙপ্রবদি, খঙলিবা অদুমক্তা মশাবু ব্রাহমন্ ওইহল্লি। "ব্রহমবিদ্ ব্রহমৈব ভবতি"- মসি শ্রুতিনা, বেদনা পীবা থাজবদুনি। অচুম্বদদি, য়ুমফমদুগা অমসুং মাগী মথক্তা লৈরিবশিংদুগা, মপান্দা উরিবা শকফমদুগা অমসুং অওইবদুগা অনিমক ব্রহমম্না ওইহনবা ঈশ্বর ঙাক্তনি। অদুনা, থিজিনবনা, ব্রহমজিজ্ঞাস-না মসিগী থাজবসি মী অমগী মশাদা লৈরবদি, পুন্সি হায়বসি মশানা অদুম মপুং ফাহল্লে।

সত্যম্, জ্ঞানম, অনন্তম্ - অচুম্বা, জ্ঞান, ঙমখৈ লৈতবা - মখোঙ অহুমসিগী মথক্তনি ব্রহমন্-না লৈরিবসি। ব্রহমন্ খঙবা হায়বসিদি অচুম্বা খঙবা হায়বনি ; ব্রহমন্ গী জ্ঞান হায়বদি জ্ঞানদুমক্তি ; মসিদি ঙমখৈ লৈতে, লোইবা নাইদে। ব্রহম-দগী আকাশ, অতিয়া,-অহাঙবা থোরকই ; আকাশ-তগী বায়ু নুংশিৎ থোরকই ; বায়ুদগী অগ্নি, মৈ ; মৈদগী ঈশিং ; ঈশিংদগী পৃথিবী। পৃথিবীদগী থব্বাই হিংহনবা পাম্বীশিং হৌরকখি ; মসিদগী চিঞ্জাক অমসুং চিঞ্জাক্তগী মীশিং অসুম্না পুথোরকপগী পরিংসি চৎলি। ব্রহমনা খ্বাইদগী অহানবা, পুরুষনা অকোনবা। অদুনা, পুরুষকা ব্রহমগা য়াম্না নক্লনা মরী লৈনৈ।

## শাস্ত্র য়োনিত্বাত : ( SAASTRA YONITHWAATH)

'শাস্ত্র য়োনিত্বাত' : "ব্রহমম্ হায়বসি ধর্ম্মগী লাইরিক পুম্নমক্কি হৌরকফম্নি, মরম অদুনা পুম্নমক খঙবদুনি"। ধর্ম্মগী লাইরিকশিংসি মুণি ঋষিশিংনা অওইবা হায়বসি করিনো হায়না থিরিঙৈদা ফংলকখিবা অচুম্বশিংদু ফোঙদোকপদুনি। বাহৈশিংসি ঈশ্বরগী শ্বব হোন্দোক-হোনজিন্দা থোরকপনি। মখোয় অদু জীবাত্মা অমদগী তারকখিবা নত্তে, নৎত্রগা কনাগুম্বা অমনা ভাবনা শাবদগী থোরকখিবসু নত্তে। মরম অদুদগী মখোয়বু অ-পৌরু-শেয়- (A-paurusheya) মীদগী নৎত্রবা হায়না হায়নৈ অমসুং লেঙদ্রবা, হায়না হায়নৈ। মখোয় কনাদগী থোরকখি ? পাওখুম অদু, ব্রহমম্-দগী থোরকখি হায়বসিনি।

বেদ হায়বদি জ্ঞান হায়বনি ; মসি মতম পুম্নমক্তা 'ওই'। মসিগী অহৌবসু লৈতে, নৎত্রগা অরোইবসু লৈতে। মসিবু 'অরোইবা লৈতবা' সু হায়নৈ, মরমদি

মসিদি খোঙ্জেলনি, অশেংবনি, থবাই য়োকপিবনি, ফনিংঙাই ওইবা খোঙ্জেলনি। মসিদি হাকথেংনবখক্তা য়াই ; মসিগী ওমখৈ নাইবা য়াদে, নৎত্রেগা অতোপ্পদা খণ্ডহনখিবসু য়াদে। অদুনা, মসি অণ্ডকপা অমনি, মমাংদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা ঐখোয় খুদিংমক্কি লনাই হকথেংনবা য়াবা মওং অমনি। ব্রহমম্ না অসিগুম্বা জ্ঞান অসি হৌরকফম ওইবনা, মসিবু পুম্নমক খণ্ডবা, খ্বাইদগী কনবা, চাউবা, অমসুং পুম্নমক শিনথুংবা হায়না বাংনা থাগৎনৈ।

"শাস্ত্র য়োনিত্বাত" হায়বা বাহে খজিক্তং অসিনা ঐখোয়দা খণ্ডহল্লি মদুদি ব্রহমম্ মশক খণ্ডনবগীদমক বেদ-গী লাইরিকশিংসিগী মতেং লৌগদবনি অমসুং বেদ-খক্তনা ব্রহমম্ মশক খণ্ডহনবা ঙমই, অমসুং বেদ পুম্নমক্তা মীওইববু চপ মান্নবা জ্ঞান অদুদা লমজিংই। অসিদসু নত্তনা, লাইরিকশিং অসিগী চৎনবা য়াবা মওংসু ব্রহমম্ দগী ফংই, মমলসু ব্রহমম-দগী ফংই, মরমদি মখোয়দা য়াওরিবা অমসুং মখোয়না পীরিবা জ্ঞান অদুগী হৌরকফমদুসু ব্রহমম্ দগীনি। পুম্নমক খণ্ডবা মহাক অদুখক্তনা বেদগী হৌরকফম ওইবা ঙমই। লাইরিকশিং অদু খক্তনা জ্ঞান অদুগী পাম্বৈনা মী অমবু মনিং তমহনবা ঙমই। মখোয়না মী অমগী পুক্নিবু নিয়ম নাইহল্লি অমসুং য়োকপি, অবাবদগী শেন্নবি। বেদ শিংনা নুংঙাইরবা পাওতাক পীবি ; মখোয়না মীগা য়াম্না নুংশিনা লোয়নৈ, অমসুং মাঙলোমদা লমজিংবি মরমদি মখোয়সি খ্বাইদগী বাংবা জ্ঞান, ব্রহমম্ ফংগ্রবা য়াম্না লেমগ্রবা ইকাই খুম্ননিংঙাই ওইরবা মীওইশিংনা ফংখিবনি।

ব্রহমম্ হায়বসি প্রমান্না নৎত্রেগা চক্রি য়েৎনবনা ভাব তাবা, খণ্ডবা ঙমলোই। মসি বাখলনা লাম্বা ফংবগী বাংমদা অমসুং অক্তনা পুথোকপা ঙম্বগী বাংমদা লৈ। অদুনা মসি অ-প্রমেয়-নি। মসি নাপ নৎত্রেগা খন ওনবা ঙমদে। মদু কৌই হায়না তাকপা ঙমদে। মসিদি অদুনি, অদানি, সুম তৌই হায়দুনা হায়বা ঙমদে। মতম্না অমসুং মফম্না নাপ ওনবা ঙমদে, ধর্ম্মগী লাইরিকশিংনা মসিগী প্রমান্নি। মহৌশানা অচুম্বগী প্রমান্দি মশানা হকথেংনবা, খণ্ডবা, উবনি, অমসুং নাকোইননা অনুমান্না খণ্ডবা, উবনি। অদুবু, ব্রহমম্-দি উপাই অনিসিনা খণ্ডবা ঙমদে। মুণিশিংনা মশানা হকথেংনখ্রে অমসুং মদু লাইরিকশিংদা ফোঙদোকখ্রে। বাহে অদু (সবদ) খ্বাইদগী থাজবা য়ারবা প্রমান্নি। 'শাস্ত্র' হায়বদি কাওগ্রবদুবু অমুক নিংশিংহনবা হায়বনি। ব্রহমম্ হায়বদি মীপুম খুদিংমক্কি 'ঐ'

হায়বদুনি। শাস্ত্রশিংনা মী খুদিংমকপু লমজিংই অমসুং পাওতাক পী। অদুবু মীনা মায়াবু য়াই অমসুং অদুগুম্বা অমম্বা 'ঐবু' অমসুং 'ঐগী' হায়বা ওইদবদুনা থোকহল্লিবা, কান্নদবা ওইদবদুদা পামশিন্দুনা অমম্বদুগা অমত্তা ওইরকই। অদুবু ধর্ম্মগী লাইরিকশিং অসিদি ইমানি, মহাক্না ঐখোয়বু থাদোক্তে। মহাক্না মখা অদুম চংখৈ ; মহাক্না মীওইবদা মশা কনজনবা পান্দম অদু অমুক হন্না নিংশিংই।

মরম অসিদগী মথক্কি সুত্র-"শাস্ত্র য়োনিত্বাত" হায়বসিনা অদুগুম্বা খঙবদা ঙমদ্রবা, নাপ ওনবা ঙমদ্রবা, ফোংদোকপা ঙমদ্রবা ব্রহমম্ অদুগী খঙনবগী মরমসি শাস্ত্রশিং অমসুং ধর্ম্মগী লাইরিকশিং অসিনি হায়না লাওথোক্লি। মখোয় মশিং থীঙমদে, অদুগা ঐখোয়গী পুক্নিদি য়াম্লমক তেল্লি। খঙনিংবা সাধকশিংসু য়ামই ; চিংনবসু য়ামই ; পুক্লিং চেৎনা থিবদি য়ামদে। মদুগী ফলনা কনা অমত্তনা মপুংফানা হৈরে হায়না দাবি তৌবা ঙমদে।

তৌবগীবুদি সমুদ্রগী ঈশিংগী মহাও খঙনবগীদমক মী অমনা ঈশিং পুম্নমক্কু লোয়না থকপগী দরকার লৈতে। মী অমনা ঈশিং মরিক অমতং মরৈদা থমলগা মহাওদু খঙবা ঙমই। মতৌ অদুগুম্না লাইরিক পুম্নমক্কি মনুংগী মচাকশিংদু লোয়না খঙবা হায়বসি ওইথোক্তে। নৈনরিবা পাওতাক অদুতং নিংথিনা ভাব তারগা মদু থবক্তা ওনথোকপনা অদুম য়ারে।

মদুগী পাওতাক অদু অসিনি : ঈশ্বরবু তত্তনা নিঙশিংবা, রাফম অসি হিরন্যকসিপুনা মচানুপা প্রহলাদবু মনাক্তা য়াম্না নুংশিনা চিংশিল্লগা ওজানা মঙোন্দা তম্বিরকখিবদু মঙোন্দা অমুক হন্না হায়দুনা মহাকপুসু অমুক্তা নুংঙাইহলনবা হায়রকখিবা মতমদা প্রহলদনা হায়খিবনি। প্রহলাদ না খুমখি, "ঐহাক বিদ্যা পুম্নমক্কি অরোনবা মচং, ময়োল অদু তমলকলে"। মপাদু য়াম্না হরাওরমই। মহাক্না অমুক হন্না হংলমই, "নহাক্না মপুংফানা হৈরক্লবা অদুগুম্বা তঙাইফদবা পোত্তু ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়য়ু"। প্রহলাদনা হায়খি, "ইপা ইবুংঙো! পুম্নমকপু ঙালহল্লিবা মহাক অদো, অরোইবদা পুম্নমকপু মশাদা চুপশিল্লিবা মহাক্তো, নরায়ন হায়রিবা অমখত্তা ওইবা মহাক্তুনি। মহাকপু মতম পুম্নমক্তা পুক্লিংদা নিংশিংজরবা অমসুং মদুদগী ফংলকপা চাংজৌ নাইদ্রবা নুংঙাইবা অদু হকথেংনরবদি মদুনা পুম্নমক্তা পুক্নিগী পান্দম ফংহল্লি।" মপা

অদুনা য়াম্না তুক্কচবা নরায়ন হায়বা মিং অদু অঙাং অদুনা পনখি। মদু হায়রগা মহাক্না তোকখিদে। মহাক্না হায়খি, "ইপা-ইবুংঙো, নহাক্না পৃথিবী পুম্নমক জয় তৌখ্রে, অদুবু নহাকি ইন্দ্রিশিংদি জয় তৌদ্রি। অদু ওইরবদি কমদৌনা নহাক্না নরায়ন্দগী থৌজাল ফংবা ঙমগদগে ? অসিগুম্বা পোৎকী ওইবা হৈ-শিংবশিং অমসুং সংসারগী ওইবা মায়পাকপশিং অসিদি করিশু কান্নদবা লন ঙাক্তনি। ব্রহ্ম-বিদ্যা হায়রিবা অমতং ওইরিবা ইবুংঙো অদুগী জ্ঞান অমসুং মশানা হকথেংনবা অদুতবু ফংনবা তান্নগদবনি"।

মশাগী ময়োল ওইরিবা অমদো, ঈশ্বরদো খঙনবা হোৎনবা হায়বসি মী অমগী মফমদা য়াম্না অৱাবগী মশক্তি। মী হায়বসি চিঞ্জাকীদমক্তা/চানবগীদক্তা খল্লি। হকচাং অসি চারিবা চিঞ্জাক অদুগী ফলনি। অদুবু মীওইবদা মসিদগী হেন্না নৌথবা শক্তি, নুংদা হঙৎহন্দা য়াঙন চেনবা, প্রান-থৱাই কৌবা অমা লৈরি। মসিদগী অমুক পুক্নিং হায়বসিনা নৌথবা হেল্লি, পুক্নিংদগী অমুক বিজ্ঞান হায়বসিনা নৌথবা হেল্লি। বিজ্ঞানসিগী ৱাংমদা, খ্বাই-পুম্নমক্তগী হেন্না নৌরবা আনন্দ-চাংজৌ নাইদনা নুংঙাইবসিগী কুয়োম লৈ। মী অমনা মশাগী আনন্দগী লমদম অদুদা চৎপ্রবা মতমদা মহাক্না অওইবদু, ব্রহ্মম্-দু, অমতা ওইবা ঈশ্বরদু হকথেংনবা ঙমই। তশেংনমক খ্বাইদগী হেন্না পামনরিবসি মদুগী খঙবদুনি।

তাইত্তিরিয় উপনিষদ-তা ব্রহমানন্দবল্লিগী মতুংদা লাকপা ভৃগুবল্লিগী ৱারী অমা বরুনগী মচা ভৃগুগী মরমদা লৈ। মচানুপাদা ব্রহমম্-গী থৌদোক্তি মরমদা তম্বিবা মতমদা মহাক্না হায়, "ইচানুপা ভৃগু ! ব্রহমম্ হায়বসি মিৎনা উবা ঙমদে। ব্রহমম্ হায়বসি মিৎপু উহল্লিবা অমসুং নাকোংবু তাহল্লিবা মহাক অদুনি হায়বসি খঙউ। মহাক্তি তপখক্তংনা খঙবা ঙমই। {পুক্নিং শেংদোক্লগা চপয়ুংনা, য়াম্না খৌরাংনা নিঙবা}। মহাক্না অমুক্না মখাতানা হায়খি মদুদি অতোপ্পা পাম্বৈ অমতনা মতেং পাংবা ঙমদে"। "নুংশিরবা ভৃগু ! জগত্তা লৈরিবা পুম্নমকসি ব্রহমম্দগী হৌরকপনি, ব্রহমম্দা হিংলিবনি, ব্রহমম্দা থুপচিল্লিবনি অমসুং ব্রহমম্ খক্তদা তিনশিনপ্লিবনি। মদু নশানা তপ তৌরগা খঙউ, পুখোকউ"। মপা অদুনা পোলোইদা অচুম্বদু খঙহনগদবা আধ্যাত্মিক্তি শাজেলশিংদু চঙশিন্নবা তাক্লিওৈদা ঈঙ্গিৎশিং অসিখক্তং পীখিবনি।

মপাগী ৰাহৈশিংদা চপচানা থাজরদুনা ভৃগুনা তপ তৌখি। মশা খুদুম চনবগী থবক্তা অমসুং মশাগী মরমদা থিজিল্লকপনা মাগী খঙবগী থাক চিৎ-শক্তি (Conciousness) ৰাংখৎলকখি অমসুং থাক অদুদা মানা খঙলিবদু ব্রহমম্নি হায়না থাজখি অমসুং চিঙ্গাক্লা ব্রহমম্নি হায়না লেপখি ! মহাক্লা খঙলকপদু লাওথোকপা মতমদা মাগী মপা বরুন-না মাগী পাওখুমদু চুমদে হায়খি। অদুনা মহাক্লা মখা চৎথনা তপ তৌখি অমসুং প্রান থৱাই অসিবু ব্রহমম্-নি হায়না ফংলকখি, মরমদি প্রান নত্তনা অতৈ পুম্নমকসিদি অরেম্বনি। প্রান হায়বসিনা পুন্সি লৈহল্লি, পুন্সিবু য়োকখৎল্লি অমসুং পুন্সিবুসু লোইহল্লি। অদুবু মপানা ৰাফম অদুসু লাল্লি হায়খি অমসুং মখাতানা তপ তৌনবা অমুক হন্না থাখি। মতৌ অসুম্না ভৃগুনা ৩শুবা তাঙকক্কী তপ চৎথবদা পুক্লিংবু ব্রহমম্ ওইনা থেংনখি অমসুং ৪শুবা মতাংদদি মাগী ৰারেপ্তু হোংদোক্তুনা বিজ্ঞান্না ব্রহমম্নি হায়না খনখি। মমৈথংদা মহাক্লা ৫শুবা থাক্তা তপ চৎথরকপদা আনন্দ-সি ব্রহমম্-নি হায়বদু খঙলকখি। মহাক্লা মদুগী চাংজৌ নাইদ্রবা নুংঙাইবদুদা লৈখি অমসুং মপাগী মনাক্তা অমুক চৎখিদ্রে। মপানা মাবু থিরকখি অমসুং মনাক্তা লাকখি। মহাক্লা সংসার পুম্নমকপু লংথোকপ্রবা, কাওথোকপ্রবা, মচা ভৃগুবু নুংঙাইবা ফোঙদোকখি। মহাক্লা হায়খি, "ইচানুপা ! হৌজিক নহাক ব্রহমম্ উবা ফংলে ; নহাক উরিবা শক্তমদুদা তিনপ্রে"।

মীওইবনা পুন্সি অসি চানবগীদা ওইবা মওংদা হৌরকই, অদুবু মহাক্লা আনন্দগী শকলোন ওইবা পান্দম অদুগীদমক চঙশিনগদবনি। মী খক্তা নত্তে, থৱাই পানবা জীব খুদিংমক চাবা হৌই অমসুং ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবদু ফংনিংই। হোৎনরিবা পুম্নমক, পাঙথোকলিবা পুম্নমক নুংঙাইবা ফংনবগী মায়কৈদনি। পুম্নমক নুংঙাইবদা পোকই, নুংঙাইবগীদমক লৈগনি, নুংঙাইবা ফংনবগীদমক পুম্নমক শি। তৈত্তিরিয় উপনিষদনা শন্দোক্লা হায়রি মদুদি নুংঙাইবা হায়বসি পোক্লিংবগী, চাউরক্লিংবগী, পুমথরকপগী অমসুং শিবগী অনিঙবা, অপাম্বদুনি।

অদুমওইনমক, করম্না ব্রহমমনা আনন্দ ওইগদৌরিবনো ? অসুম্না হায়নৈ ; "ওঁম ইত্যেকাক্ষরম ব্রহম" - ওঁম হায়রিবা প্রনবকি খোঞ্জেল অসি মাঙবা লৈত্রবা ময়েক্তুনি, ব্রহমম্নি, জগৎ অসি প্রনব-না মপুং ফানা শাবনি। অসিমসু হায়নৈ ; "অয়ম অত্ম ব্রহম"। "মসিগী আত্মাসি ব্রহমম্নি"। মরম

অদুনা, আত্মা, ব্রহ্ম অমসুং প্রনব পুম্নমকসি খেন্নবা লৈত্রবা চপ মান্নবদুনি, অমতনি। ব্রহ্ম-বিদ্যানা হায়রি মদুদি থবাই পানবা জীব খুদিংদা লৈরিবা মশা, থবাই, আত্মা অদু ব্রহমম্-দুমক্লি, হন্থবা লৈতে। সুত্রশিংনা হায়রি মদুদি ব্রহমম্ দা য়ুমফম ওইরিবা মপানগী জগৎ অমসুং নুংগী জগৎ অনিসি মায়ে অমসুং খেন্নবা লৈতে।

## তৎ তু সমনবয়াত : ( THAT THU SAMANVAYAATH)

বেদান্তগী পাওরৌ পুম্নমকসিনা ব্রহমম্-খক্তবু হায়রি হায়বা ৱাফমসি য়াম্না শেংনা উংপা য়াই। শ্রুতিদা হায়রিবা ৱাফমশিংসি অমতনি হায়বা ৱাখল্লোন্দা নৈনবা মতমদা ব্রহমম্-বু খঙহল্লি অমসুং মাগী অওইবদু খঙহল্লি। অসিদসু নত্তনা, ধর্ম্মগী লাইরিকশিং অসিনা থবক্লা অথোইবনি হায়রিব্রা নৎত্রগা জ্ঞাননা অথোইবনি হায়রিব্রা হায়বা ৱাহং অমসু লৈরি। ব্রহমম্গী মরমদা লৈরিবা য়াম্না অঙকপশিংসি মসিনি হায়দুনা অতোপ্পদা তাকপা য়াদ্রগসু, ফনা নাতে চাবা, মওং তাবা ৱাৎলগসু জ্ঞানগী করিগুম্বা মওং অমনা মসিবু উৎকদবনি, খনগদবনি। নৎত্রবদি, মসি খঙবা ফাওবা ওন্বগী ৱাংমদা লৈখিবা য়াই।

র্কম্ম তৌবনা অরান-খুভম ফংনবগী পান্বেনি অমসুং বেদান্তনদি মদু হায়দে হায়না বেদনা হায়রি হায়না থাজবা কাংলুপ অমা লৈরি। অদুবু, ধর্ম্মগী লাইরিকশিং নৎত্রগা শাস্ত্রশিং অসিদি লমজিং অমসুং পাওতাকশিংগা মরী লৈনবনি অমসুং অকক্লবা মওং অমা নৎত্রগা অমখক্তগা মরী লৈনবা নত্তে। লাইরিকশিং অসিগী মরুওইবা পান্দমসি র্কম্ম তৌগদবনি হায়বসি নত্তে। মী অমনা র্কম্ম য়াম্না তৌরবা মতমদা,পুন্য-ফল ফংগদবা থবকশিং তৌবা তাবনি অমসুং থবকশিংদুনা মাগী পুক্লিংদু শেংদোকপদা মতেং পাংই। র্কম্মনা চিৎ (Conciousness) অদু শেংদোকপা মরম্না, মী কাংলুপ অমনা য়েৎলিবসি শাস্ত্রনা মসিখক্তবু মরুওইবা লম্বীনি হায়না তাক্লি হায়বসিনি অদুগা র্কম্ম হায়বসি পোলোই অদুগী পান্বে অমনি হায়বসিদি মখোয়না কাওথোক্লি।

মসিগা মরী লৈননা, ঐখোয়না অতোপ্পা ৱাফম অমদা পুক্লিং চঙবা তাই। মী অমগী অপান্বশিং, দরকার লৈবশিং, অনিংবশিং অমসুং আশাশিংসি র্কম্মনা ঈথিল পী অমসুং হেন্না হেন্না পাঙথোকহন্নিংই। অদুগা, অপান্বগী

হৌরকপদা অপাম্বগী ঈথিল পীরিবদুদি অ-জ্ঞান্ননি নৎত্রগা অওইবদু খঙদবননি। অ-জ্ঞান ওইরম্বা চিৎ অদুনা কমদৌনা চিৎ অদু জ্ঞানতত্ত্ব ওইরকদৌরিবনো হায়বা চিংনবা অমা মশানা অদুম থোরকই। অমম্বনা অমম্ববু কোকহুম্বা ঙমদে, ঙম্বা ? মতৌ অদুগুম্মা অজ্ঞান্না অজ্ঞানবু মাঙহনবা ঙমদে। মসিদি জ্ঞান খক্তনা পাঙথোকপা ঙম্বনি, অচুম্বদুবু খঙহনবা ঙম্বনি। মসি সংকরনা হায়রম্বা ৱারেপত্নুনি। সংসারসিদা নুংশিনবা হায়বসি য়াম্না দরকারনি। ব্রহমম্ অমগী মরমদা অতোপ্পদা খঙহনবদা ফনা য়াম্না অৱাবা ওইরবসু, নুংশিনবগী দরকার লৈবা অদুগুম্বা চপ মান্নবা চাংদা, ব্রহমম্গী খঙবা হায়বসিসু দরকারনি।

ব্রহ্ম-বিদ্যাগী ফলগা কর্ম্মগী ফলগা অনিসি য়াম্না চাউনা খেন্নবা লৈ হায়ব্রে। পুন্য অমসুং পাপ, নুংঙাইবা অমসুং অৱাবা, হায়বসি কর্ম্মগী ফল ঙাক্তনি। মী অমনা কর্ম্মগী ফলনা ফংবা ঙম্বা নুংঙাইবসি মীওইবগী মপোক্তগীনা ব্রহ্মলোক, লাইগী লৈবাক ফাওবনি। মতৌ-অদুগুনা, মীওইবগী মপোক, লমদম অসিদগী হেন্না, হেন্না ৱাবা হেনজিনবা লমদম কয়া লৈরি। মখোয় অদু চপচানা অওইবদি নত্তে, খরগী মখৈ ওইদবনি। মরম অদুনা, খঙবা অমসুং মদুদগী চাংজৌ নাইদবা নুংঙাইবা ফংবা হায়বসি মশাগা লোয়নজবা গুন্নি। মসি মপানথোংদা লৈ। মসি হোংবা লৈত্রবা, শোকপা ঙমদ্রবা অচুম্বনি। মসিদি তৌ হায়বা থৌরম পাঙথোকপনা অমসুং শাজেন্না ফংবা ঙমদে। মোক্ষগী ফিভমসিদি হকচাং-পুক্নিং-মদ হায়বা চয়েৎনবাসিগী ৱাংমদা লৈ। মরম অদুনা, ৱাংমদা লৈপ্রিবদুদি মী অমগী হকচাংগী, পুক্নিংগী নৎত্রগা জ্ঞানগী হোৎনবনা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈপ্রবনি। খঙবা হায়বদু হেক লাকপদা, অ-জ্ঞানগী অমম্বদু মাঙখি। থাওমৈ অদু হেক থানগৎপগা অমম্বদু লৈখিদ্রে।

ব্রহমম্ খঙবা হায়বসি অমত্তা ঙায়রবা অচুম্বদুনি, মসিদি মশানা হোৎনবনা ফংবা ঙমদে হায়না লাওথোকপসি ফজবা ৱাফম নত্তে হায়না য়েৎপা, চক্রি তৌবা মীওই খর লৈ। সংকরসু হায়রিবা মোৎ অসিদা লৈ। মী হায়বসি তশেংনমক্কি ব্রহমম-নি অতে করিশু নত্তে হায়বা জ্ঞান অসি মী পুম্নমক্কী চিংতা (Conciousness) লৈ অদুবু, কর্ম্মগী, থবক্কী পাম্বৈনা নৎত্রগা বিচারনা নৎত্রগা লৌশিংগী থিজিনবনা মদুবু খঙবা ঙমদে অমসুং মদুদা চেংনা থাজবা লৈবা ঙমদে। কর্ম্মনা মী অমবু অদুম মথং-মথং পুনশিল্লি, মরমদি মসিনা মখল মথেলদু

অওইবগুম্না নৈনৈ ; মসিনা কিসি অদু কোমথোকহনবা অমসুং মহাকপু মনিং তমহনবা ঙমদে। মসিনা অপাম্বা অমসুং ঈথিল অদু ফাওবদি শেংদোকহনবা ঙমই। বিচারনা জ্ঞান অদুবু শেংদোকহনবা ফাওবা ঙমই অমসুং জ্ঞানগী মথল অদু তাকপা ঙমই। ব্রহ্ম-বিদ্যা খক্তনা মী অমবু পুনশিনবদগী মনিং তমহনবা ঙমই। মরম অদুদগী মী অমনা কর্ম্মদা হেন্না পামশিনদনবা চেকশিন ব্রা অসি পীরি।

অদুম ওইনমক, ঐখোয়না ফংই মদুদি শাস্ত্রনা কর্ম্মগী কান্নবগী মরমদা মতেক অমতং নৈনরি। শাস্ত্রশিং অসি ঐখোয়দদি ইমাগুম নুংশিজে। মমানা মচাদা তম্বিবগুম, মী মীদুগী লৌশিংগী লৈরিবা থাক অদুগা চুননা অমসুং মফম অমসুং মতমগী দরকার লৈবগী মতুংইন্না মখোয়না পাওতাক কয়া তম্বিরি। মচা অনি লৈবা মমা অমনা অকনবা অমসুং মশা ফবা মচাদুদদি মানা অপাম্বা চিঞ্জাকমখৈ পী অদুগা মশা ঙমদবা অঙাং অদুগীদি হেনজিন্না পীজদনবা য়াম্না চেকশিল্লি, অমসুং থুনা মশা ফগৎকদবা অদু পীজে। থবক অসিগীদমক ঐখোয়না মমা অদুবু মচা নুংশিবগী থবক্তা অচান-মিরায় নাই হায়না নিন্দা তৌবা য়াব্রা ? শাস্ত্রশিংনসু কর্ম্মগী অথুপ্পা খণ্ডবশিংদুদা কর্ম্মগী কান্নবগী ব্রাফমদু নিংশিংহল্লি। মরমদি, কর্ম্ম নৎত্রগা থবক্লা পুন্সিসি ফগৎহনবা ঙমই অমসুং ফিদমদু চুমথোকহনবা ঙমই। থবক খুদিংমক কান্নগদবা হিরমদা ওনথোক্কদবনি হায়বসি মীপুম খুদিংদা পাওতাক পীগদবনি। অদুম ওইনমক, কর্ম্মনা পুম্নমক্কি হায়বদুদি নত্তে। (হায়বদি র্কম্ম তৌরগা অতৈ তৌদ্রবসু য়ারে হায়বদুদি নত্তে।)

মীওইবগী পুন্সিদি মীকুপ অমতনি, ঈশিং মথক্কী কোঙ্গোনগুম্বনি। পুন্সিগী ঙাইহাক্কি ওইবা কোঙ্গোল অসিগী মথক্তা, মীওইবনা মশাগী অপাম্বশিং অমসুং হেনজিন্না পামশিনবশিংগী শঙ অমা শাগৎলি। লৌশিংনদি মদু মিকুপ অমদা হেক্তা কায়বা নৎত্রগা নিঙখায়বা য়াই হায়না চেকশিন ব্রা হায়রি। করি অমত্তা পামশিনবা লৈতবা, মনিং তম্বা অথোইবা আত্মা, পরম আত্মা অদুনা হকচাং অমা লৌশিল্লে অদুগা মী ওইরে। মপানথোংগী মীৎয়েংদা য়েংলবদি হকচাংসিদি ঐখোয়না চাপ্রিবা চিঞ্জকশিং অদুনা শেম্বা উপু, শরং অমগুম্বনি, অন্নময়-কোসনি। মখুম অসিগী মনুংদা হেন্না মহুপ কুপ্পা, নৌথবা, মরুওইবা নুংশিৎ প্রান-গী কুয়োম, পুক্নিংগী কুয়োম, লৌশিংগী কুয়োম অমসুং খ্বাই পুম্নমক্কি মনুংদা চাংজৌ নাইদ্রবা নুংঙাইবগী কুয়োম-আনন্দময় কোস লৈ।

মসিগী সুত্র অসিনা খঙহল্লি মদুদি ঈশ্বরগী মরমদা থিজিনবা হায়বসি চিনজাক্কি কুয়োম - অন্নময় কোস-তগী আনন্দময়গী থাক অমসুং হৌনশা অদু ফাওবগী খোঙচৎ অদুনি। অদুম ওইনমক অপৌবা হকচাং অদুগী মওং অনি লৈ - মখাপোনবা অমসুং মনিংতম্বা য়ুমফম হায়বসিনি।

হৌজিক্কী-মতমদা মীওইবনা ঈশ্বর থাজনরিবসিগী মওংসি করিগুম্বা মফম অমদা মান্নবগী মওং অমত্তা খঙবা ঙমদে। অমগা-অমগা মরী লৈনবগী নিতি অমসুং য়াশিন্নবগী নিতি অসি পাকথোক্কদবনি অমসুং শন্দোক্না ঙাঙনগদবনি। তোঙান-তোঙানবা মিংদা ধর্ম্ম কয়া লৈরবসু অমসুং মদুদা পীরিবা পাওতাকশিংদা খেন্নরবসু, পুম্নমক মী ঙাক্তা ওইবনিনা চপ মান্নে। সুত্রনা অমত্তা ওইবা ময়োল অদু ইন্ননবা,চৎননবা শাফু পীনবা হোৎনৈ। লাইবক থীবদগী, ধর্ম্মশিংগী মরক্তা পুম্নমক ইচিন-ইনাওনি হায়বা ৱাখলদু মাঙহনপ্রে। জগৎ অসিগী অঙকপশিংগী মায়খুম হাংদোকপিরম্বা অচৌ-অচৌবা দুতশিং অদুগী লৌশিং-জ্ঞান অমসুং মখোয় মশানা হকথেংনখিবা থৌদোকশিং অমসুং মখোয়গী বিশ্ব-প্রেমগী ৱাখল পুম্নমক্কু ঙসিগী মীওইশিং অসিনা য়াবিদ্রে, অমসুং ব্যবহার তৌবিদ্রে। ধর্ম্মগী মরুওইবা ৱাফম পুম্নমক্তি খর-খজিক নত্তনা নুংশিনবা অমসুং য়াশিন্নবা য়াবা ঙাক্তনি। চপ মান্নবা ঈশ্বর অদুবু মীওইবগী ধর্ম্ম কয়ামরুমদা, মমিং তোঙান-তোঙান কৌদুনা, তোঙান-তোঙানবা পুজাগী চৎনরোল পাঙথোক্তুনা ঈশ্বরবু খুরুমজরি, শক-শোন্নরি। ঈশ্বরনা যুগ খুদিংমক্তা, জাতি খুদিংমক্কি শান্তি অমসুং অফবা ৱাখল্লোন লিঙখৎনবা দুত-পাও পুবা মী থাখ্রে। ঙসিদি পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা ধর্ম্ম ময়াম অমা শন্দোকপ্রবনিনা, ইচিন-ইনাও ওইবগী ৱাখল পুম্নমক মাঙপ্রে অমসুং মদুনা ধর্ম্মদুগী কান্নবদসু শোকহল্লে। পুম্নমক নুংশিনবগী ৱাখল অমা থুনা দরকার লৈরে। অচৌবা মী পুম্নমক ঈশ্বরগী মমি ঙাক্তনি। ঈশ্বরগী লমদমদদি মখোয় শাগৈ-জাৎ অমতনি ; মখোয় জাতি অমখক্তগী মীওইশিংনি, ঈশ্বরগী ওইবা মীওইশিংনি। খুদিংমক্না অতোপ্পগী চৎনিবি অমসুং থাজবশিং খঙননবা হোৎনগদবনি। অদু ওইরবদি,খুদিংমক্না, পুক্নিং য়াম্না শেংনা অমসুং মিনুংশি চেনবা থম্মোয়না অতোপ্পগা লোয়ননা ঈশ্বরগী নাক ফংবা ঙমই। থাজবা অমসুং ধর্ম্ম পুম্নমক্কি মচং ওইবা নিয়ম হায়ববু নুংশিনবা হায়বসিনি।

## ঈক্ষতর না সব্দম্ : (EEKSHATHER NAA SABDAM)

জগৎ অসি থোরক্লবগী অহানবা মরম অদু ব্রহমন্নি হায়না বেদ-না হায়রি। মথৱাই পান্দবা পোৎ (অচেতন) তগী ওইরকখিবনি হায়বসি মখোয়না হায়দে। সবদম্ নৎত্রগা ঈশ্বরগী খোঞ্জেল নৎত্রগা বেদনা মথৱাই পান্দবা পোৎনা জগৎ শেম্বা হৌরকখিবা ৱাফমসি য়াদে। অমরোমদনা, অওইবদুনা, সৎ-না ওইরগে, শেমলগে হায়না নিঙখি হায়না লৌনে। ৱারেপ লৌবা, নিঙবা, মওং-মতৌ পুথোকপা হায়বসিদি অখঙবশিংগী, অহিংবশিংগী (Conciousness) থবকশিংনি; মথৱাই পান্দবা, খঙবা ঙমদবা (Non-Concious) পোৎশিংদি অসিগুম্বা নিঙবা হায়বসি ঙমদে। মরম অদুনা ব্রহমন্ হায়রিবা পুম্নমক খঙবা ঙম্বা অদুনা শ্বাইদগী অহানবা মরমদুনি হায়না লৌবা তাবনি।

মশাদা খঙবা ঙমদবা (অচেতন) অদুবু প্রধান কৌই। বেদনা মদুগী মরমদা হায়দে। মদুনি মসিগী সুত্রসিনা য়াম্না ময়েক শেংনা খঙহল্লিবসি। প্রধান হায়বসি মিংথোল অমনি, মীওই কাংলুপ খরগী ৱাখলদা মমিং, মওং, মায়া ওইরিবা জগৎ অসিবু মসিনা খঙনরি। অতোপ্পা কাংলুপ খর অমনা মসিবু কুপপ্রবা পোৎশিংনা শাবা, নৎত্রগা প্রকৃতি হায়না কৌই। অতোপ্পা খর অমনা থাগৎপগী মওংদা হায় :"নহাক্তি শ্বাইদগী চাউবা অনিঙবদুনি, পুংশুপশুপ্পা মপুদুনি, পরম-আত্মাদুনি, নহাক লৈবনা মখল-মথেল পুম্নমকসি পুথোরকপনি। খর অমনা য়েৎলি মদুদি গুন অহুমদুনা চঙদবা য়াদবা মচাকশিংদুনি। মখোয়দুনা অমগা-অমগা মরী লৈনরকপদগী প্রকৃতিদা ময়াম অসি থোরকখিবগী মরম্নি।

মোতশিংসি বেদনদি য়াদে। বেদনা হায়রি মদুদি ব্রহমন-না নিঙখি, অমসুং ময়ামসি থোরকখি। মদুগী অনিঙবদু য়াকাইরোলনি, অহানবা থবক্তুনি। সঙখ্যগী কাংলুপ্নদি প্রধানগী ৱাফমদা থাজে অমসুং জগৎ শেম্বসি গুননা য়ুমফম ওইহল্লি। সঙখ্যনা হায়খি মদুদি গুন অহুমসিনা (সত্ত্ব, রজ, তম) চাং চপ মান্ননা লৈবা মতমদা করিগুম্বা খঙবগী ৱারেপ অমতা থোরক্লোই। মদুগী থাক অদুদা {লেঙদবা (Witness) নুপা অমগী মিৎয়েং (inspact) চঙই} লেঙদবা ওইবা, অখঙবা (Conciousness), লোন্দা অমরোমদা হায়রগা ঈশ্বরগী অনিঙবগী মিৎয়েং অমা চঙই। মদুনা প্রধান অদুবু খঙবা ঙম্বা অমসুং খঙবা য়াবা ওইহল্লি।

শাগৎনরিবা ৱাক্ষম পুন্নমকসি খন্নরকপা মতমদা স্বাইদগী অচুম্বা ৱারোইশিনসি ব্রহ্মন্-না অথোইবা মরমনি হায়বসিনি। তৌবগীদি স্বাইদগী ৱাংনা ফংবা য়াবা অচুম্বদু, মওং-মতৌ লৈতবা, মগুন চেন্দবা ; শোকপা য়াদবা, ব্যাখা তৌঙমদবা ব্রহ্মন্দু নত্তে। মদু স-গুন ব্রহ্মন্ অদুনি,মশানা মশাদা চেলহনবা গুন অদুগী মতেংনা খঙবা য়াবা স-গুন ব্রহ্মন্ অদুনি। মশানা খঙবা ঙম্বা অমসুং ঙমদবা পোৎশক অনিনা শাবা জগৎ অসি মহাক্না লৌখিবা হকচাং, শক্তম অদুনি।

জীব অমা হায়বসি মশাদা খঙবা ঙম্বগী শক্তি চৈতন্য (Conciousness) লৈহনবা তাবনি, মদুনা মানা পাঙথোকনিংবা থবক অমা পাঙথোকপা নৎত্রগা পাঙথোক্তবা ঙমহন্নবনি। ঙসি করি তৌগনি নৎত্রগা হয়েং তৌসিরা, মথংগী চহিদনা করম্বা মহৈ মরোং থাসিগে ..... হায়বনচিংবা ৱাখলশিং, থৌরাংশিং অসিদি খঙবা ঙম্বা হায়বা লমদম, জগা (Conciousness) অদুদগীদা থোরক্কদবনি; মথৱাই পান্দবা, খঙবা ঙমদবা, নৃঙ, উ, চীং অমসুং তম্পাকশিং অসিদগী থোরক্কদবা নত্তে। নিঙবা ঙম্বা হায়বসি খঙবা ঙম্বগী খুদমনি ; মদু লৈতবশিংনা নিঙবা হায়বসি শুকঙম ঙমলোই।

অনিঙবদু থোরকপা মতমদা ব্রহ্মন অদুনা ঈশ্বর ওইরকপ্রে। অদুগা অনিঙবা অদুখক্তনা ঈশ্বরনা জগৎ অসি শেমখি। মপানগী মিৎয়েংদদি ঈশ্বর অমসুং জগৎ অনিসি খেন্ননা, তোঙানবা ওইনা উই। অদুবু নুংগী অমেঙবা (Subtle) মিৎয়েংদা, **সুক্ষম** দৃস্তিদা য়েংবা মতমদা মচাক্না (পর্দাথ) শেম্লিবা মহাক্না (পরম-আর্ত), হিংলিবা মহাক্তুগা (প্রানি) থৱাইগা (প্রানগা) অনিগী খেন্নবা লৈতে। প্রান অদুনা মশাদা হকচাং অমা ননশিল্লে অদুগা প্রানি ওইহল্লে ; অদুগী প্রানিদগী প্রান থোরকই।

বেদগী লাইরিকশিং অসিনা ব্রহ্মনগী নিয়ম অমসুং মসিগী শকফোংগী মরমদা নৈনৈ। মখোয়না মীওইবদা জ্ঞান অদু পীবি অমসুং মদুগী লন অদুগী নুংগী হকথেংনবদু পীবি। (জ্ঞান অমসুং বিজ্ঞান) অদুবু, মতম্না অসুম শংনা চৎথরকপদা মদুগী শৈরেংশিং অমসুং শেংলবা মন্ত্রশিংদু ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ওইবা মওংদা অর্থ হন্দোক্লপ্রে। মখোয় অদু সংসারগী ওইবা কান্নবশিং ফংনবা অমসুং

অতোপ্পা সংসারগী কান্নবা ফং[illegible] শক্ত-শোন্নপ্রে। অসিগুম্বা মন্ত্রশিং অসি শোন্দুনা পাওথোকপা থবকশিংবু, পুজাশিংবু কান্নরবা কর্ম্ম ওইনা খন্নপ্রে। তশেংবদি, জগৎ অসিদা ব্রহ্মনদগী তোঙানবা নৎত্রগা খেন্নবা পোৎশক অমতা লৈতে। মখোয় পুম্নমক ব্রহ্মনদগী থোরকখি, মখোয় পুম্নমক ব্রহ্মনদা চুপশিনখি, অমসুং মখোয় পুম্নমক ব্রহ্মনদা লেপ্ত-খোৎলি অমসুং ব্রহ্মন-দা হিংই, লৈ।

মসিগী অচুম্বসি তজজল্লাত (Thajjallaath) হায়বা সুত্রসিনা হেন্না ময়েক শেংহল্লি। তৎ (That), জ (Ja), ল (La), আত (Aath) বাফম অসি মখোঙ মরিসিদা লেপই অমসুং লৈ। পোকপা, চাউখৎপা অমসুং শিবা হায়বসিনা নুপা অদুগী, পুরুষ অদুগী যজ্ঞনি, য়াজনানি।

মচাক মঙানা শাবা জগৎ অসে অথোইবা আত্মা, পরমাত্মা, ব্রহ্মন-দগী থোরকখি। মহাক্কি শকফোং অসি লৈতবা মফম অমতা লৈতে। জগৎ অসি মতম পুম্নমক্তা লেপ্তদুনতা লৈ ; জগৎ অসিগী মবুংঙোদুনা লেপ্তহল্লিবা মীশক্তনি। সংসারগী ওইবা নুংশিবা অসিদি অশেংবা নুংশিবা নত্তে, আত্মাগী নুংশিবা অদুনা অসিগুম্বা নুংশিবা পুম্নমক্কি হৌরকফমদুনি। উপনিষদনা হায়রি মদুদি য়াজনা বালক্যনা মৈত্রেয়ীদা তম্বিখিবা পাওতাক্তু মসিনি। "আত্মানস্ত কামায় সর্ববম্ প্রিয়ম ভবতি"। (পুম্নমক নুংশিরিবসি মী অমগী আত্মাদুগীনি)। ইশাগী থবাইবু, আত্মাবু নুংশিবা হায়বসিনা অহানবনি, অতৈ পোৎকি নুংশিবা হায়বসিনা মথংদা লাকপনি। মী অমনা অতোপ্পা অমবু নুংশিরবদি মদু নুংশিবা কৌবা য়াদে। ইশাগী থবাইনা আনন্দ পামই অমসুং মঙোন্দগী আনন্দ ফংগনি হায়বগী নুংশি। অপাম্বা, নুংশিবা হায়বসি ঐঙোন্দগী আত্মাদা চেনশিল্লি। অদুনা, আত্মাগী অওইবসিনা হৌরকফমনি হায়না ভাব তাবা মতমদা, পুম্নমক অসি পুমথোই থোইবা খঙবা ওইরিবা (Supreme Conciousness) ব্রহ্ম চৈতন্য অদুননি হায়বসি খঙবা ঙমই।

অচৎ-চত্ত (চর অমসুং অচর) অনিমকসি ঈশ্বরগী অনিঙবনি, সংকলপনি। মদুগী অনিঙবদু চেত্তন-নি, খঙবগী থবক্তুনি ; মদু অ-চেত্তন নত্তে, খঙদবগী থবক নত্তে, নুংবংনবা নত্তে। মসিগী সুত্র অসিনা খঙহল্লিবা অচুম্বদু মসিনি।

কনাগুম্বা মীওই অমনা হায়নিংবমখৈ হায়দুনা য়েৎলবসু দৈব সংকল্প-ঈশ্বরগা। আনঙবা, আনন। পুম্নমক্ক শমুদুনি হায়বা অচুম্বসিদি লেঙদনা লৈরে। য়েৎলিবসিংদো মপানগী শক্তমসিনা লাম্না পুম্রবনি নৎত্রগনা মখোয় মশাগী করিশু লৈতবা অনিঙবা মচাশিংদু লুথনা থিজিন্দনা চুমহন্নিংবদগীনি, য়োকখৎনিংবদগীনি।

মীওইবগী হকচাং অসি আত্মাগী চৈঙাক অমনি। ঈশিং অমসুং নুংশিৎ কুম্বা মচাকশিং অসি হকচাংগা য়াম্না নক্লনা মরী লৈনৈ। মরম অদুনা, খ্বাইদগী ময়োল ওইরিবা আত্মাগী নিয়ম, ব্রহ্ম-গী নিয়ম অসি খঙগদবনি। মীওইবনা মশাগী অশেংবা ওইরিবা মসিগী নিয়ম, তত্ত্ব অসি খঙখিদ্রে, মাঙপ্রে। মসি হকচাং মনুংদা লৈবনি, হকচাং অদু নত্তে। মসি হকচাং মনুংদা মখৌ তৌরবসু, হকচাংগী পোৎ নত্তে,অ-সরীর তত্ত্বনি। মদুনি আত্মা হায়রিবসি।

মিৎনা উবা ঙম্বগী শক্তি অমসুং নাকোংনা তাবা ঙম্বগী শক্তিসি আত্মানা পীবনি। অদু ওইরবদি, মীৎনা কমদৌনা আত্মা উবা ঙমগনি নৎত্রগা নাকোংনা তাবা ঙমগনি ? মিৎশিং অমসুং নাকোংশিং অসিদি য়োক্লিবশিংদুনি, আধেয়নি; পুম্নমক খঙলিবদুনা, ব্রহ্মন-দুনা, আত্মাদুনা, য়োকপিরিবা মপুদুনি, আধারনি। মদুনি অশেংবা "নঙ" হায়বদো, অনিঙবদো, সংকল্পদো।

জগৎ অসিবু শারিবা মচাকশিং- আকাশ, নুংশিৎ, মৈ, ঈশিং, পৃথিবী অসিদি পুমথোই থোইবা লৌশিং, প্রজ্ঞান ওইরিবা মহাক্কি অনিঙবখক্তনা, ঈথিলনা থবক তৌবনি। লাই মচাশিংসি নৎত্রগা ঙাল্লিবশিংসি অথোইবা জ্ঞান অদুনা শক্তি পীরগা মশাদু ঙানজবনি। জীব পানবা পুম্নমক্না লৈরিবা সংসার পুম্নমকসি অদুগুম্বা অথোইবা জ্ঞান, প্রজ্ঞান অদুনা য়োকপিবনি। লেঙদনা লৈবশিং অমসুং চৎলিবশিং পুম্নমক য়াম্না চেৎনা প্রজ্ঞানদা য়ুমফম ওইবনি। পুমথোই থোইবা লৌশিং অদু আত্মাসিনি ; অথোইবা লৌশিং (Supreme Wisdom) অদু ব্রহ্মননি। অথোইবা লৌশিং অদু মিৎনা উবা ফংলিবা পোৎশক্কি সংসার অসিনি। জগৎ অসি তশেং তশেংনমক প্রজ্ঞান অদুনি ; প্রজ্ঞান অদু জগৎ অসিবু পিক থল্লিবা চৈতন্যদুনি।

বেদ-শিংনা তশেংনা হায়রি মদুদি ব্রহ্মন্-না সৎ-হায়বা ব্বাহৈসিনা মদু খঙনবা শিজিন্নরগা, জগৎ অসি থোরকনবগী মরমদুনি। সৎ হায়বসি "মতম

পুম্নমক্তা ওইদুনা লৈবা, খণ্ডবা” হায়বদুনি। বেদশিংনা খণ্ডবা নত্তবা, অ-চেত্তন-ওইবা পোৎ অমতগী মরমদা হায়দে, ঙাওদে। পুম্নমক চেত্তন ঙাক্তনি, পুম্নমক ওই (Is), পুম্নমক ব্রহ্মন-নি।

## গৌনসচেন্নাত্ম সবদাত :

### ( GOUNASCHENNAATHMA SABDAATH)

“ আত্ম সবদাৎ” ঃ আত্ম হায়বা সবদ নৎত্রগা বাহৈ, অসি শিজিন্নবা মরম্না “ঈক্ষতে” - (মমাংগী সুত্রদা পনখিবা) নৎত্রগা শকফোঙবসি আত্মাগী মখৌ, থবক ওইবা তাই। মৈ নৎত্রগা ঈশিং অসি ফজদুনি, অনিঙবা অদুগী ফজনি। “শক ফোঙবা” হায়বা বাহৈসি অনিশুবা (Secondary) অর্থ ওইনা নৎত্রগা গৌন-গী ভাবতা (figurative) অর্থ লৌবা য়াদে। শ্রুতি নৎত্রগা বেদ-দা আত্মা খক্তবু অহানবা পোত্তুনি হায়না উৎলি। অনিঙবা নৎত্রগা বারেপ লৌবা হায়বসি আত্মা মশা মনুংমক্তদা থোকপা থৌদোক্লি, অতোপ্পা পোৎ অমদা থোকপা নত্তে। মতমগী খোঙচৎ মনুংদা মসিনা (আত্মানা) লৌখিবা ওইনিংবা মওং অমদা, ওইনিংবা মফম অমদা, পুম্নমক্তু তশেংনমক সৎ খক্তনি, হায়বদি আত্মাখক্তনি ! মসিনি বেদনা হায়রিবা পাওতাকসি।

করিগুম্বা পোৎশক অমতা মথবাই পান্দবা, জদা নত্তে। মরমদি, আত্মা হায়বা বাহৈ অসি ঙাইহাক্কি মমাংদা প্রধান, ফাওবা খণ্ডনবা শিজিন্নখ্রে। প্রধান হায়বসি পুমথোই থোইবা খণ্ডবদুগী নৎত্রগা পুরুষদুগী নিঙবা থুংহল্লিবা খুৎলায়দুনি। মরম ওইরিবা পুরুষ অদুনা থবক চৎথরকপদগী প্রকৃতি নৎত্রগা প্রধান অদুসু খণ্ডবগী মওং অসি লৈরকপনি।

থবাই পানবা জীব অমনা মশাসি অপুনবা ঈশ্বরদুদগী তোঙান তাবনি থাজবদগী মশাসি অপাম্বা অমসুং নিঙবা কায়বা, নুংশিবা অমসুং তুক্কচবা, অবাবা অমসুং নুংঙাইবগী চৈথেং ফংহল্লি। মহাক অসি মমিং অমসুং মওংগী ওইবা সংসার অসিনা চিংশিল্লি। অসিগুম্বা মী অমবু পুল্লবা মী হায়না হায়নরে। মরম অদুনা মহাক্কী নিঙতম্বগী থবক অসি অথুবা ওইরে। অদুগা, নিঙতম্নবগীদমক প্রকৃতিগী মখা পোনবা অমসুং প্রকৃতিদা পামশিনবা অসি শোয়দনা থাদোক্কদবনি। মিৎ তাঙববু মিৎ তাঙবনা কনবা ঙমদে। উপায় লৈত্রবা মীবু উপায় লৈত্রবা মীনা

মতেং পাঙবা ঙমদে। কমদৌনা, মশামক মরায়বক থীরবা অমসুং উপায় লৈত্রবা মী অমনা অতোপ্পা অমগী অৱা-অনং অদু কোকহনবা ঙমগদৌরিবনো ? লায়রবদুনা ইনাকখুনবদুগী মফমদা চঙজগদবনি। মিংতাঙবদুনা মমিং উবা মী অমগী মতেং লৌগদবনি। প্রকৃতিগী তুমাগী চৈথেংনা পুনশ্লবা অমসুং মমিং তাঙহনৱ্রবশিংদি অদুগুম্বা লোইখম্বা লৈত্রবা মীনুংশি, শক্তি অমসুং লৌশিং জ্ঞান, মমিং পনবা তারবদা, ঈশ্বর, আত্মা অদুগী মফমদা চঙজফম লৌগদবনি। মতম অদুদা, মী অমনা মরায়বক থীরবা অৱাবা অদুদগী নাষ্টোকপা ঙমগনি অমসুং নুংঙাইবগী লন মরক্তা হরাও-তয়ামজগনি ; মী অমনা মীওইবা মপোক্কি পান্দম অদু ফংবা ঙমগনি।

ব্রহমন্গী থৌজালদগী মসিগী মপুংফাবা পোলোই অসি য়ৌই, আত্মা মশক খঙবা ফংজে। আত্মা কদায়দা থিরুগনি ? আত্মা কদায়দা লৈ ? কনানা কমদৌনা আত্মা মশক খঙগনি ? খঙবা ঙমদবনি হায়রিবা পোৎ ময়ামশিং অসিসু পুমথোই থোইবা অখঙবদুগী (Sovereign conciousness) নৎত্রগা আত্মাগী শকউৎ ঙাক্তনি হায়না লাৎচবনসু খোঙজং অদুদা মতেং পাংগনি। আত্মাগী মওং মতৌসিদি অদুগুম্বা মওং নাইদবা, মগুন চেন্দবা ব্রহমন্ অদুদা য়ুমফম ওইরগা থিজরকপা কাংবুশিং অদুখক্তনা তশেংনা ভাব তাবা ঙমগনি। অদুবু স-গুনগী শক্তম অদুসু আত্মাগী অওইবদু মপুংফানা য়াওই। মসিগী অচুম্বসি নৈনবা য়াবা খুদম ময়াম অমা লৈ। ব্রহম-বিদ্যা হায়বসি আত্মাবু ব্রহমন্ ওইনা, জীবাত্মা অদুবু পরমাত্মা ওইনা খঙনবগী অমসুং হকথেংনবগী অতোপ্পা মমিং অমনি।

মীপুম খুদিংমক ব্রহম-বিদ্যা খঙনবগী অধিকার লৈ। অদুগা, মীপুম খুদিংমক্লা মাগী পুন্সিগী নুমিৎ খুদিংদা মসি থিরকপদা থাক মরি লাম্ষ্টোক্লুনা চৎলি। বেদগী মতুংইন্না মখোয় অদুদি - মিৎ পাঙলিঙৈগী থাক, মঙ-মঙলিঙৈগী থাক, ফজনা তুমলিঙৈগী থাক অমসুং তুরিয় নৎত্রগা মরিশুবা থাক অসিনি। মখোয়শিং অসিবু ফিভম নৎত্রগা খোঙথাং হায়নসু খায়দোকই। অহানবগী থাক অসিদা মী অমনা পোৎশক্কি ওইবা সংসার অসি উই, খঙই অমসুং মসিগা লোয়ননা লৈ। মিৎনা জগৎসিদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক উই ; খোঞ্জেল পুম্নমক তাই ; ইন্দ্রিশিং অসিনা মনম নম্বা, মহাও খঙবা, অমসুং মশা শোকপা ঙমই।

সমাজগা শম্নন পুন্সি অসি মপুংফানা হিংই। খঙনবগী ইন্দ্রি মঙামক, থবক তৌনবগী ইন্দ্রিমঙামক, থবাইপুবা মরুওইবা নুংশিৎ মঙামক - লোয়না মপুং ফানা মথৌ পাঙথোকই ; নুংগী খুৎলায় মরি অদুনা, (১) পুক্লিং, (২) বুদ্ধি, (৩) খঙবগী থাক, অমসুং (৪) মদ-কি ৱাখল অসিনি।

মসিগী পান্থে ১৯ সিনা মিৎ পাঙলিঙৈ মতমদা সংসারসিগা শম্নহল্লি অমসুং অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা, তোংবা অমসুং মাঙবা, জয় ওইবা অমসুং মায়থীবা, নচিংবা কয়াসি তশেংনা থেংনহল্লি। মী অমনা মশাসি হায়রিবা থাক অসিদদি হকচাং ওইনা লৌবনিনা থৌদোক পুম্নমকসি তশেংনা মশানা থেংনৈ।

মঙগী লমদম অসিনা তোঙাল্লি। মফম অদুদদি ইশাসি নুংগী মায়থোংনি, নুংগী সংসারদা লৈ। থেংনরিবা থৌদোক খুদিংমক ইশা মনুংদনি। থৌদোকশিংদু হকচাংগী মপান্দা অমত্তা নত্তে। কা অমদা মী তরা তুম্বা য়াই ; অদুবু মীপুম খুদিংমক মাগী মাগী তোঙানবা মঙ মঙই। মী অমগী মঙগী থৌদোক্তা অতোপ্পা অমগীগা মান্নদে। মী খুদিংমক মাগী মাগী মঙগী মতুংইন্না অৱাবা, নুংঙাইবা থেংনৈ। মঙ মঙলিবা মীদুদা মপানগী ফিভম অমতনা শোকহন্দে। তশেংবদি, মপানগী সংসার অসিদি মাগী খঙবগী ৱাংমদা লৈস্ত্রে। মঙ মঙলিঙৈদদি মী অমনা মাগী পুক্লিংনা সংসার অমা শাগৎলি অমসুং মদুগী মরক্তা লৈ। থেংনরিবা পোৎশিংদু ভাবনা শাবা ঙাক্তা ওইরবসু, মদুদা ফাওরিবা, অৱা-নুংঙাই, নুংশি-নুংঙোল অদুদি তাইবংদা থেংনবগুম চপচানা ফাওই। তাইবংদা থেংনরিবা খুৎলায় ১৯দু মঙদসু অদুম থেংনৈ। মখোয়না খুৎথোক্লা থবক তৌবা নত্তে, মখোয়না পুক্লিংগী মতেংনা থবক তৌবনি, মরমদি পুক্লিংগী মঙাল অমা লৈ, মদুনা মমি তাহনবনি। মরম অসিদগীনি পুক্লিংবু তৈজস (Taijasa) হায়না কৌরিবসি। মঙালশিং অদুনা কনাগুম্বা অমবু ওইনিংবা মওং অমা, খোঞ্জেল অমা, মহাও ...... নচিংবা শেমহনবা, পুথোকহনবা ঙমহল্লি। মঙগী থবক অসি মী অমনা মশা মশক খঙনবগী লম্বীদা ২ শুবা থাক্লি।

মথংদা, ফজনা তুম্বা নৎত্রগা সুশুপ্তি ; মসিগী থাক অসিদদি মঙগা অমতা মঙদ্রে। মী অদু ফজনা তুমপ্রে। মী অদু মশাগী মখোঙ-মখুৎ নৎত্রগা খোঞ্জেল, মনম, মওং, মহাও, অমসুং মশা শোকপা ফাওবদা করি অমত্তা

খঙদনা লৈরে। মাগী হকথেংনবা থৌদোক পুম্নমক খর হেন্না ৱাংনা খঙবগী জ্ঞানদা, প্রজ্ঞানদা চঙদুনা লৈরে। মশাদা করিগুম্বা ৱাখল মচেৎ অমা ফাওবা লৈখিদ্রে। কনানা থেংনরিবনো, থেংনরিবনা করিনো হায়বা অমতা লৈখিদ্রে। মদুদা আত্মাখক্তা লৈ অমসুং মহাক্না ঙাইহাক্কি ওইনা মদুদা তিনশিন্দুনা লৈরে।

মথংদা, তুরিয় নংত্রগা মরিশুবা থাক : মসিদদি মী অদো মী ওইনা লৈখিদ্রে। মহাক অদো পুন্সিগী লেঙদ্রবা অচুম্বদো, অমসুং শেম্বিরকপদো, পুম্নমক শিন-থুংবদো, পুম্নমক লোয়না য়াওরবা আত্মাদো, অমতা ঙায়বা অদুগী শান্তি অমসুং শক্তিদো অমসুং আত্মাতগী ওইবা সংসারদো ফংজরে। মসিগী থাক অসি য়ৌপ্রবশিংদুদি মশাগী হায়বা ৱাফম অমতা লৈত্রে। কনানা জ্ঞান লৈবনি, কনানা জ্ঞান লৈতবনি, হায়বনচিংবা ৱাখল অমতা মশাদা লৈত্রে। মরমদি, মখোয়দি মতম পুম্নমক্তা খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্কি চাংজৌ নাইদনা নুংঙাইবদুদা লুপ্তুনা লৈরে।

মখোয়না লুপশিনম্রিবা আত্মাদু মিংনা উবা ঙমদে। ভাবনা লাকশিনবসু ঙমদে নংত্রগা খুংনা পায়বসু ঙমদে। মী অমনা মদু লৈ হায়বদমক ঙমই অমসুং মদু অফবনি, অতৈ করিশু নত্তে হায়বদমক ঙমই। আত্মাদা থাজবসি মরা তাহন্দ্রিঙৈদা সংসারগী পোৎশিংদা পাম্বগী ৱাখল পুম্নমক মরু ফুকতৎখিগদবনি।

আত্মা খঙনবা লৈরিবা থাক মরিসিগা ওঁম শোনবগী থাক মরিসিগা য়াম্না মান্নে। অ, উ, এম অমসুং অরোইবা মাত্র অদুগা তুমদ্রিঙৈ, মঙ-মঙলিঙৈ ফজনা তুমলিঙৈ অমসুং আত্মাদা তিনশিনখিবা অদুগা মান্নে। তুমদ্রিঙৈদা আত্মাসি পুক্লিংদা ফাওই ; ফজনা তুমলিঙৈদা, থম্মোয়দা পোৎথাই ; মরিশুবা থাক্তদি পুম্নমক অমত্তা ওইরে, আত্মা ঙাক্তা ওইরে।

মচং ওইবা ৱাফমতমক লৌখৎপা তারবদা, অসুম্না হায়বা য়াই মদুদি নোংমগী লেল্লিবা পুন্সিগী থাক পুম্নমক্তা, ফিভম অমসুং অবস্থা পুম্নমক্তা, থবক থৌরম পুম্নমক্তা অমসুং হকথেংনরিবা থৌদোক পুম্নমক্তা, আত্মা হায়বসি জীব পুম্নমক্তা লৈ। পুম্নমকসি আত্মানি, আত্মাসি পুম্নমক্কি, - জগৎ অসি অমদুনা অমা ওইনা উৎপনি। মসিনি সুত্র অসিনা খঙহল্লিবসি। অমতনি হায়বসি খঙদ্রবদি নুংঙাইবা অমসুং শান্তি লৈরোই। নুংঙাইবা অমসুং শান্তি য়াওদনা অচুম্বা খঙবা

হায়বসি কান্নদ্রবা মঙনি, অরেম্বনি। মরম অদুনা, মী অমনা জগৎ অসি মপুং ফাবনি, পূননি হায়বসি খঙগদবনি। মসি অহাঙবা অমা নত্তে। মসি আত্মা মশামক্কি।

## হেয়ত্ব-অবচনাচচ : ( HEYATHWA-AVACHANAACHCHA)

মরম অদু খঙলবদি, মী অমনা ফল পুম্নমক্কু খঙবা ঙম্মই। জগৎ পুম্নমকসি, হায়বদি অচৎ-চত্ত পুম্নমকসি, অহানবা মচাক মঙাদুদগী শেমখিবা অমসুং মদুদগী প্রপনচ কৌরিবসি, ঈশ্বরগী অনিঙবদগী পুথোরকখিবনি, শক ফোঙখিবনি। মসি ঈশ্বরগী সংকলপ, অনিঙবা অদুদগী ওইরকপা ফলনি; অনিঙবা, সংকলপ অদুনা ওইরক্কিবসিগী মরমনি। অদুম ওইনমক, মরম অসিগী শকওং, মায়ওন অনি লৈ - মচাক্কি ওইবা মরম (উপাদান কারন) অমসুং অথোইবা, অফবা (Efficient) মরম - (নিমিত্ত কারন)।

মচাক্কি মরম অসিদি অহানবনি, ফল অদুদগী হানবনি। মসিদি পুরা মপুং ফাবা য়ুমফম্নি ; ফল, পোৎথোক অদু মদুগী মখা পোনবনি। খুদম ওইনা য়েংশি, সিলভরনা শাবা কপ অমা। সিলভর নত্তনা কপ অদু হান্না লৈরমদে। কপ শাবা য়াবা সিলভরদু লৈত্রবদি, ফল অদুসু, কপতুসু লৈররোই। অদুনা সিলভর অদু মচাক্কি মরমদুনি। ব্রাহে অমরোমদা হায়রগনা, মওং অদু লৈত্রিঙৈদা - কপ অদু লৈত্রিঙৈদা, পোৎশক, মচাক (সিলভর) অদুদি হান্ননা লৈরে, লৈবা তাবনি। কপ অদুদি সিলভরগী মথক্তা 'ওইহন্নিংবা মরম্না' নিমিত কারন-না ননশিনবা মওং অদুনি। মদুদি খুৎশেমগী ফলনি। সিলভর অদুনা হান্ননা লৈরবা মরমনি, উপাদান কারননি। লুপা শাবনা কপ অদু শাবনি। কপ অদু অমুক্তং শাবা লোইখিবদগীদি শারিবা মীদুগা মরী লৈনদ্রে। অদুবু কপ অমসুং সিলভর অনিদুদি মতম পুম্নমক্কি ওইনা নক্লবা মরী লৈনৈ।

ঈশ্বর হায়বসিনা জগৎ অসি শেমলক্লবগী মচাক্কি ওইবা মরম অদুনি। মহাক অসিনা মচাক, য়ুমফম অমসুং উপাদান কারননি। মহাক নিমিত্ত কাবন-শুনি। মহাকসি থৌদোকসু থোকহল্লি অদুগা মদুগী ব্রাংমদসু লৈ, মহাক অওইবদুনি অদুগা ওইরক্কিবদুসুনি। কপ অদুদা সিলভর য়াওবগুম জগৎ পুম্নমকসি ঈশ্বর ঙাক্তনি। মহাক্কা মশামক পুম্নমকসি ওইনা উৎলকলি। মহাক্কা পুম্নমকসি ওইগে নিঙম্লে।

পোৎশক খুদিংমক্তা, মহাক হায়বদি শ্বাইদগী অৱাঙবা অচুম্বদো য়াওই। শ্বাইদগী চাউবা অচুম্বসি য়াওদ্রবদি পোৎ অমতা লৈবা ঙমদে। খুদিংমকসি পুম্নমক খঙবা মহাক্না য়োকপিবনি। মসিগী অঙকপসি মীওইবনা খঙবা ঙম্বগী ৱাংমদনি। মদু মাগী লৌশিংনা খঙবা ঙমদে, মাগী অৱানবা মিথুয়েংনা মমিং-মওং-নাইবা শক্তম অদুত্তবু উই। মহাক অসিবু চম্নমহল্লি। মহাকপু অপান্বা অমসুং পামদবা, নুংঙাইবা অমসুং অৱাবা, হৱাও মথোই কাবা অমসুং মায়থোং শুকথবগী মরক্তা তাহল্লি। মহাক্তি অওইবা নত্তবা মমিং অমসুং মওং ময়াম অসিদমক খঙই।

অচুম্বা মিৎয়েংনা ময়াম অসিগী মরক্তা অমা অদুবু উহল্লি। মদুনা মখল মথেলশিংসি অমতনি হায়বদু খঙহল্লি অমসুং শ্বাইদগী নুংঙাইবদু পী, মরমদি মহাক ময়াম পুম্নমকসিগী মনুংদা য়াওরিবা শ্বাইদগী অচুম্বা, পরতত্ত্ব ওইরিবা অমদুগী মরমদা খঙলকখি। মসিগী খঙলকপা, ব্রহ্ম ফংলকপা হায়বসি মোক্ষ-অৱান খুভম ফংবা হায়বদুনি। থৱাই পানবা জীব খুদিংমক্না মসিগী পোলোই, পান্দম, ব্রাহমম্ অসি ফংগদবনি। মদু মাগী অচুম্বা পাম্বুং অদুনি। নোংম নৎত্রগা নোংমদি মসিগী অৱা-নুংঙাইবগী থৌরি অসিদগী কোমথোক্লবা ৱাখল থোরকখিগনি। অদুগুম্বা লম্বী অদুনা শোয়দনমক্কি, মোক্ষ ফংহনগনি। লম্বী অদু থিবা হায়বসি অশিংবা মীগী খুদমনি।

অসুম্না থিবসিগী মহুত্তা, পোৎশক্তগী ওইবা সংসার অসিবু মমল লৈবনি হায়না মী অমনা খল্লবদি অমসুং মায়কৈ অদোমদা চঙশিল্লবদি, মাগী পুন্সিদু অরেম্বনি অমসুং করি অমতা কান্নদ্রবনি। প্রকৃতি হায়বসিদি পোৎশক ময়ামগী শক্তমনি। প্রকৃতিগী মরুমদা লৈরিবা, প্রকৃতিবু থৱাই পালহল্লিবা অমসুং নমুনা পুথোকলিবা নুপা অদুবু থিগদবনি। কনা লৈজদ্রবা, উপাই লৈত্রবা অমনা কনা লৈজদ্রবা উপাই লৈত্রবা অমবু থিরুবগী করি কান্নবা ফংগদগে ? বন্দি ওইরবা নুপা অমনা বন্দি অমবু করম্না থাদোকপা ঙমগদগে ? বন্দি ওইরিবা নুপা অদুনা বন্দি ওইদবা অমগী মতেং লৌরবদি মহাকপু থাদোকপিরকপা য়াই অমসুং মনিং তম্না চৎচবা য়াই। অৱাবদা খমথেংনা তারবা মী অমনা নুংঙাইবনা থল্লবা আনন্দগী ঈপাক্তা তাওরিবা অমগী মফমদা চঙজগদবনি। অফা-অপুন্নবা হায়বসিনা মতম পুম্নমক্তা মী অমবু অৱাবগী ঈপাক্তা তাহল্লি ; ইবুংঙোদি নুংঙাইবখক্তনা শাবা মীশকনি। মরম অদুনা, মী অমগী অৱাবসি অদুগুম্বা

নুংঙাইবগী কংবা নাইদ্রবা ঈফুৎ ওইরিবা ইবুংঙোগী মফমদা চঙজরবদি পুরা কোকহনবা ঙমই। অদুগা, মোক্ষ হায়রিবসিবু চপচানা করি হায়রিবনো ? মোক্ষ হায়বদি অৱাবদগী কোকপা, অৱাবা লৈতবা, অমসুং নুংঙাইবা ফংবা। পরম্ আত্মা হায়রিবা পুম্নমক্কি মবুংঙো অদুদি খাইদোক-খাইজিন য়াদ্রবা রস-কী ওইবা শক্তম্নি, আনন্দ পুম্নমক্কি তুংনফম্নি। মরম অদুনা, মাগী থৌজালবু থিজরিবা অমসুং ফংজগ্লবশিংদুদি লেঙদ্রবা মশাদুমক ফংজরবনি।

অসুম্না ফংগ্লবা অ-মর অসিদদি ইন্দ্রিশিংগী ঈথিলশিং - খোঞ্জেল, শোকপা, মওং, মহাও অমসুং মনম্নচিংবা অমতা লৈররোই। মসিগী অহৌবা অমসুং অরোইবা লৈররোই। মীওইবনা সুম-সুম চাং নাইনা মসিগী মায়পাকপসি ফংনবা হোৎনগদবনি। মহাক্লা খুমাং চাউশিন্না অপৌবসিদগী নুংগী অরুবা, অকুপ্পদা, (Gross to Subtle), অরুবা, অকুপ্পদুদগী ওইহল্লিবদুদা (Subtle to Causal) অমসুং ওইহল্লিবদুদগী অথোইবা মরম (Causal to Prime Cause) অদুদা চঙশিন্নগদবনি। হায়বগী অর্থদি, ঈশ্বর ফংনবগী লম্বীসিদি স্থুলদগী সুক্ষ্ম-দা, সুক্ষ্ম দগী কারন-দা অমসুং কারন-দগী মহা-কারন-দা তিনগদবনি। মসি চৎফম থোকপা লম্বীদুনি।

অদুম ওইনমক, সাধারন মীওইবনা মচাক্কি নুংঙাইবা অমসুং মপানথোংগী নুংঙাইবশিংতবু ফংনবা হোৎনৈ। মখোয়না মশাগী নুংগী অওইবা ওইরিবা আত্মানা পীবা ঙম্বা আনন্দ অদুবুদি থিদে। মদু হকথেংনবগী খুদোংচাবদু মখোয়না মাঙজরে নৎত্রগা মদুগী চানবা খোঙথাং অমতা মখোয়না লৌখত্তে। মতম পুম্নমক্তা মখোয়গী মিৎয়েং অদু মপানগী সংসার অসিদা য়েংদুনতা লৈরে। মসিনা মনুংলোমদা ওনশিন্দ্রে। "পস্যাতি ইতি পসু" - শা হায়বসি মপানলোমদা য়েংবগীদমক শা কৌই। মপানলোমদা য়েংবা হায়বসি শাগী মওং মতৌনি, মীগী নত্তে। মীওইবনা খঙনবা পাল্লিবা মরুওইবা ইন্দ্রিশিং - মিৎ, নাতোন, লৈ..... নচিংবা পুম্নমকসি মপানগী পোৎশকশিং থেংননবা মপানলোমদা লোয়না হাংদোকই ; অদুনা, হকচাংগী অনিংবশিংসি মপানগী ঙাক্তনি হায়বসি লৌবা য়ারে।

নুংগী সংসার অসিদি মীওইবনা মপানগী সংসারদা ইরায় লায়না লুপশিনবা, চঙশিনবা ঙম্বগুম্না তরাই-তরাইনা চঙশিনবা ঙমদে। মী কয়াগী

মনুংদা অমতং - লাক্ক তরাগী মনুংদা অমতংনা নুংগী মিৎয়েংনা আত্মাগী অওইবদু শম্নবা অমসুং খণ্ডজবা ঙমই। মহাক অদু অশিংবা মীনি, জ্ঞানিনি। মীওইবগী পুন্সিগী অশেংবা পান্দম ফংগে খল্লগা পোক্লকপা মীদুদি লেঙদ্রবা চাংজৌ নাইদ্রবা নুংঙাইবগী পান্দম অদু ফংগনি। মদু পুন্সিবু অর্থ লৈহনবা, হিংবদা মতিক চাহনবা খ্বাইদগী অথোইবদু ফংজরবনি।

থাঙ্গেশেংবদি, মপানগী সংসারগা, মনুংগী সংসারগা খেন্নদে অমসুং লাপ্নদে। মখোয় খাইদোক্লবা য়াদবমখে অমতা ওইনা ফাজিন্নে। সাধারন মীয়াম্বা, হকচাং অসিগী মতেংনা উবা, তাবা, থৌদোক কয়া থেংনবা অমসুং নুংঙাইবা ঙম্বনি হায়না থাজে। মদু নত্তে, ইন্দ্রিশিং, পুক্লিং অমসুং লৌশিং অসিবু সাসন তৌবা অমসুং নিয়ম নাইহনবা অতোপ্পা শক্তি অমা লৈরি। মদুগী শক্তি অদু আত্মা হায়রিবসিনি। সুত্র অসিনা মীওইবদা মদুগী শক্তিবু খণ্ডননবা অমসুং মদুগী বাখলদু মতম পুম্নমক্তা মশাদা কাওদনা লৈহল্লগা ইন্দ্রিশিং, পুক্লিং অমসুং লৌশিংগী মতেংনা সংসার অসিগা শম্নবা লমজিং পাওতাক্লি।

চীংজাও অমগী মথক্তা তারিবা নোংশিংদু চীংমায়গী নাকন্দা চেনথখিদুনা তম্পাক কয়াদা য়ৌখি অমসুং অনৈবা, অমোংপা ঈশিং ওইনা চেনথে। চপ মান্নবা নোং অদুনা তরুতরুবা পাৎ নৎত্রগা তুরেলদা তাবা মতমদদি ঈশিং অদু মোত্তনা, লুনা অদুম লৈ। আত্মাগী অওইবদু মশক খণ্ডবা মুণিশিং অদুদি অশেংবদুদা, পুক্লিং নে-তারবা-অকা-অকুম লৈত্রবা ফিভম অদুদা ওন্থোকখি। মখোয় মতম পুম্নমক্তা মখোয়গী নুংগী ময়োল ওইরিবা আত্মা অদুগী মরমদা মপুংফানা খণ্ডুনা লৈ। অসিগুম্বা পুমশেং শেংলবা মীওইশিং অসিগী চিৎ অদুদদি পুম্নমক অমতনি হায়বা হকথেংনবা থৌদোক্ত লৈ। মদুগী থাক অদু য়ৌপ্রবা মী অমদদি অপাম্বা অমসুং পামদবা, ঐ অমসুং ঐগী, লাঙতক্লবা অমসুং শান্তি, থাগৎলগা হরাওবা অমসুং চৈরগা শুকথবা হায়বনচিংবা মখোয়গী পুক্লিংবু মোৎহনবা নৎত্রগা লাঙহনবা ঙমদে। অনিশুবা তুমাগী চৈথেংশিংসি মখোয়দদি চপ মান্ননা আত্মাগী ঈথকুম্না লৌপ্রে, য়াপ্রে। মসি আত্মাগী তশেংবা মিৎয়েংদুনি, পুম্নমক অমতনি হায়বা ব্রহমনগী নুংগী মিৎয়েংদুনি।

## স্বাপ্যয়াত : (SWAAPYAYAATH)

"Swa" - হায়বদি মশা মনুংমত্তা, হায়বদি 'ব্রহ্মন'-দা। 'Apyayaath' হায়বদি মদুনা লুপশিনবনা, তিনশিনবনা। ব্রাহে অনিসিনা হায়রিবসি মসিগী অর্থসিনি। মখোয়না ঐখোয়দা হায় ; "জীবাত্মাদুনা ব্রহ্মন্-দা তিনশিল্লি হায়বনিনা মগু-অমত্তা মগুদবমখে তুমলিঙেদা থৱাই অদুদা করি থোকই হায়বসি মশাগী অওইবা হৌনশা, সং অদুদা অমুক হনজিনবগী ৱাফম্নি। জীবগী আত্মা অদুনা অচৌবা আত্মা অদু ফংলবননি, মদু আত্মা হায়বদুনি, অতে করিশু নত্তে। মমিং অমসুং মওং লৈবা হকচাং অমদা ফাজিনবগুম লৈরম্বদু, মমিং অমসুং মওংদু থাদোকলে অদুগা অচৌবা আত্মা অদুদা পুনশিনম্রে, লুপশিনম্রে। ঈথক অদো সমুদ্রদা পুনশিনম্রে। মদু হৌজিক্তি অমতা ওইম্রে, হৌজিক্তি মদু সং হায়বদুতা ওইরে।

বেদান্তগী লাইরিক পুম্নমক্না তাক্লিবা মরুওইবা ৱা মচং হায়বদু মসিনি : (১) অমুক মুংশ্রিবা অমসুং অমুক হন্না থোরক্লিবা জগৎ অসিগী অফবা মরম (efficient cause) অমসুং মচাক্তি ওইবা মরম অনিমকসি ব্রহ্মন্নি। (২) ব্রহ্মন্ হায়বসি অমখক্তনি, অদুনা জগৎ অসিদা ব্রহ্মন-দগী তোঙানবা চিং-য়াওদবা পোৎ অমতা লৈতে। মথৱাই পান্দবা, মথৌ তৌদবা, পোৎ অমত্তা লৈতে। ব্রহ্মন্ হায়বসি শ্রুতিগী অমসুং বেদান্তগী লাইরিকশিংগী মতুংইন্না সং ওইবতা নত্তনা চিং-শুনি, খণ্ডবদুসুনি।

তৃম্বা হায়বসি থৱাই পানবা জীব পুম্নমক্তি ওইনা য়াম্না তঙাইফদবনি। মী অমসুং অতে জীব পুম্নমক্না তৃমদ্রবদি হিংবা ঙমদে। সংসার অসিনা পীরিবা নুংঙাইবা পুম্নমকসিগী মনুংদা তৃম্বা হায়বসিনা খ্বাইদগী অথোইবনি। অতে পুম্নমকসিদি করিশুলৈতবা, কান্নদবা অরেম্বা ঙাক্তনি। মথৱাই পানবা জীব অমনা তৃম্বা মতমদা, মরুওইবা নুংশিং মঙা - প্রান, অপান, ব্যান, উদান অমসুং সমন অসিনা হকচাংদা মৈশা পীবিবা মৈ মঙাগা লোয়ননা মথৌ তৌই। শোর হোনজিনবা অমসুং হোন্দোকপা অনিমক য়াম্না ইংনা চাং মান্ননা, বেদগী পরিংদা চৎথবগুম, ইংনা চৎথে। থৱাই পুরিবা নুংশিৎ-প্রান হায়বসিনা ইমুং অমদা মুংপা লৈতনা চাক্লিবা অশেংবা মৈগুম, বেদগী পুজা তৌফমদা চাকপা অশেংবা

মৈগুম মথৌ তৌই। মসিনা চপ মান্নবা, চাং মান্নবা মওং অমদা ঐখোয়বু শক্তি লৈহল্লি। ব্যান হায়বসিনা বেদগী পুজা তৌবা মতমদা কুণ্ডগী মখা থংবদা থানবা মৈদুগুম্বনি। উদান-না পুক্লিংবু ব্রহ্মলোক য়ৌহনবদা মতেং পাংই, মদু মী অদুগী অফবা কর্ম্মনা ফংজরকখিবনি। অমরোমদা হায়রগনা, মদুনা মী অমনা পুমথোই থোইবদুদা তিনজবগী নুংঙাইবা মহাও অদু তংজবনি।

মরমদি, তূমলিঙৈদা পোৎথারিবদু, তূমলিঙৈদা নুংঙাইরিবদু, তূম্বদুনা মশা তেকখৎহল্লিবদু অমসুং তূমলিঙৈদা চাংজৌনাইদবা নুংঙাইবা ফংলিবদু হকচাং মনুংদা ফাজিন্দুনা লৈরিবা আত্মা অদুননি। থবাই অদু মাগী মন্দির ওইরিবা হকচাং অদুগী মনুংদা লেঙশিল্লিবা লাইনি। পুক্লিংনা মপানগী সংসার অসিদা উরিবা, তারীবা অমসুং হোংনরিবা লোয়ননা পুক্লিংনা উবা ঙমদবা তাবা ঙমদবা নংত্রগা থেংনবা ঙমদবা কয়ানা পীরকপা চৈথেং পুম্নমক অদু থেংনরিবদু থবাই অদুননি। অসিদসু নত্তনা, আত্মা অদুনা মঙ অদুদা অনিঙবা কয়া শাগৎপা অমসুং থেংনবা য়াই অমসুং হৌপ্রবা মপোকশিংদা থেংনখিবা অসিগুম্বা থৌদোকশিংসু থেংনবা, উবা য়াই। মদু মী অদুগী মপুক্লিংদা কন্না মমি তাখিবা অদুগী মখা পোল্লি। নংত্রগা, করিগুম্বা মতমদা অসুম্না থোকপসু য়াই মদুদি নুপা অদুনা হকচাং অমসুং ইন্দ্রিশিংগা লোয়নবদু খুদক্তা কৎথংনরগা মশাগী অশেংবা ওইরিবা, লেঙদ্রবা পরম-আত্মা অদুদা লুপশিনখিবা য়াই। থবাই অদুনা ফংজরিবা মপুং ফারবা আনন্দ অদু পরম আত্মানি হায়বদুগী তশেংবদুনি (authenticity)।

মঙ মঙদনা তূমলিঙৈদা আত্মাদু উদান-প্রান হায়রিবা আত্মাবু অবাংবা থাক্তা পুখৎপিরিবা মরুওইবা নুংশিৎ অদুনা লমজিংদুনা আনন্দ লোক-তা, চাংজৌ নাইদ্রবা নুংঙাইবখক্তগী লমদম অদুদা চঙই অমসুং নুংঙাই। মদুগী লমদম অদুবু ব্রহ্ম লোক হায়নসু খঙনৈ। মসি মী অমনা তুমলিঙৈ মতমদা থোইদোক্লা হোৎনরুবা লৈতনা ফংজবা অঙকপগী মশক ওইবা খুদোংচাবা তাঙ্গাদুনি, তঙাইফদ্রবা পোৎচং মঙা, ইন্দ্রি মঙা, নুংগী খঙনবগী খুৎলায় পুম্নমক, ভুত মঙামক, ইন্দ্রিয় মঙামক অমসুং অন্তকর্ন - পুম্নমকসিগী মরুওইবা হৌরকফম অমসুং হিংনঙাই ওইরিবা পরম আত্মাদুগা নক্লজবা ফংবদুনি।

অদুবু মসিগী হকথেংনবগী থৌদোকসি তুংকোইদে ; মসি ঙাইহাক্কিনি। পুক্কিং অমসুং বুদ্ধি শেংদোক্লগা আত্মাগী মরমদা খঙলবা নুপা অদুদি হোংবা লৈত্রবা তিনশিনবগী, লুপশিনবগী চাংজৌ নাইদ্রবা নুংঙাইবদু ফংগনি। মহাকখক্তনা পুম্নমক খঙবা মীদু ওইবা ঙমগনি, মহাক্তনা শিবনাইদ্রবা লমদম অদুদা লৈগনি। মহাকখক্তা মাঙ-তাকপা লৈত্রবা পরব্রহমন্ অদুদা লুপ্কনি। মহাক্তা পুম্নমকসি মহাক্কি হায়বা খঙলকপা মতমদা, মহাক নত্তনা করিগুম্বা অমতা লৈতে হায়না খঙলকপা মতমদা, মহাক্কি মপান্দা লৈতে হায়বা খঙলকপা মতমদা, মহাক পুম্নমক ওইরে, ব্রহমন্ ওইরে।

ফজনা তুমলিঙৈদদি থবাই অদু তম-গুনদা লৈ। আত্মা মশক খঙলবা মীদুদি তাইবংদা চিং-না পীবা নুংঙাইবদুমক তুমলিঙৈদসু মঙদুনা পীগনি। মিং পাঙলিঙৈ মতমদসু অসিগুম্বা মীদি হকচাং, ইন্দ্রি অমসুং খনবগী চৈথেংদগী শোকহনদে অমসুং মশাগী চপচাবা ওইফম থোকপা অওইবদুগী চাংজৌ নাইদবা নুংঙাইবদুনা থন্দুনতা লৈ। নাইতোম জীবদা য়াওরিবা আত্মা মচা অদুগা জগৎ অপুম্বগী ওইরিবা আত্মা অচৌবা অদুগা শরুক য়ামিন্নে অমসুং মদুনা অদুগুম্বা পুমথোই থোইবা আত্মা অদুদা তিনজবা ঙমই। মরম অদুনা, মসিগী সুত্র অসিনা ঐখোয়গীদমক অচুম্বদু শাফু পীরি মদুদি 'সৎ' নৎত্রগা "ওইবা" হায়বসিনা উৎলিবসি অদুগুম্বা পুমথোই থোইবা - পরব্রহমম্ অদুবুনি অমসুং মদুদগী ওইরকখিবা পোত্তা নত্তে অমসুং মদুগী মখা পোনবা পোত্তা নত্তে হায়বসিনি।

## শ্রুতত্বাত্ চ : ( SRUTHATHWAATH CHA)

জগৎ অসি থোরক্লবগী, ওইরক্লবগী মরমসি পুম্নমক খঙবা ব্রহমন্-ননি হায়না বেদনা লাওথোক্লবনিনা ওস্থোক্লা লেমশ্রবা থৌদোক অসিগী মরমদা শন্দোক্লা হায়নবা অমসুং খঙবশিংগী বাফম থম্নখ্রে। ব্রহমন্ হায়বা বাহৈ অসিমক্তা মাগী নিঙবা ঙম্বনচিংবগী শক্তি লৈ হায়বগী অর্থ পীরি। ব্রহমন্ অসি কনাগী মখা পোন্দবা, মগুন চেন্দবনি হায়না লাওরিবা বেদ-না হায়রি মদুদি মসিগী, মশাগী হৌনশা ওইনা, মপুং ফানা থৌজাল হৈ। মরমদি, জগৎকি মিংয়েংলোমদগী হায়রবদি ব্রহমন্ অসি মশাগী গুন অমতা লৈতে।

শ্রুতিগী নৎত্রগা বেদগী লাইরিকশিং অসিগী শরুক অমা ওইরিবা উপনিষদকি লাইরিকশিং অসিনা ব্রহমন্ নৎত্রগা ঈশ্বর হায়বা পুমশুপ শুপলিবসিগা (Absolute) খ্বাইদগী হেন্না শক্তি চেনবসিগা (Almighty) অনিসি খেন্নবা অমতা উত্তে। অসিগুম্বা বেদান্তগী লাইরিকশিং অসিদগী খণ্ডগদবা ব্রাফমদি জগৎ অসি পুমথোই থোইবা অখণ্ডবা (Supreme Conciousness) অদুগী শকফোংনি, শকউৎনি হায়বসিনি। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা,জগৎ অসি মথব্রাই পান্দবনি, খণ্ডবা ওম্বগী শক্তি লৈতে হায়না খল্লবদি মী খরনা হংবা য়াই মদুদি মতৌ করম্না মসিবু অসুক্কি মতিক য়ানিংনা য়েংনিংলিবা, চিংশিল্লিবা করিগীনো ? মসি দায়িত্ব য়াওদবা অমসুং করিগু মথৌ তৌদবা ওইনা লৈবা য়ারোই, মরমদি মসিনা মদুম তৌরম্নবদি, অদুম-অদুম ওইদুনা অদুম লৈরম্লগনি। নত্তে, মসিগী মিৎয়েং অসিদি চুমদে। মরমদি ঈশ্বরনা জগৎ অসি ওইহল্লিবগী মরমনি অমসুং মচাক্কি ওইবা মরমদুসুনি। মহাক মশামক্তা পুম্নমকসি ওইরকপনি। মহাকসি নুংগী অমসুং মপানগী অচুম্বদুনি। মরম অদুদগী মহাকসি পুম্নমকপু ঙালহল্লিবা অমসুং খণ্ডহল্লিবা মঙালদুনি ; পুম্নমকপু চিংশিল্লিবা অমসুং ফোঙদোক্লিবদু, তাকথোকলিবদু মহাক্কি।

## “পিস্তাদি গুদা সম্পরকাত” :

## ( Pishtaadi Guda Samparkaath)

অসুম্না হায়নৈ। পিস্ত - হায়বদি য়াম-চেংগী, গেহুগী, অতৈ মরু-মরাংগী। য়াম অদু চিনিগা তোৎনরগা থুমহল্লি। য়াম মতোমতা ওইরবদি কনানসু চানিংঙুদে, চিনিনা মহাও অদু লৈহনবনি। মতৌ অদুগুমদুনা, জগৎ অসিদা উরিবা পুম্নমকসিদা লৈরিবা, পুক্নিং শুমহৎলিবশিং, য়েংনিংলিবশিং, নৎত্রগা উরিবা মতিক-মঙালশিং পুম্নমকসি জগৎকি থব্রাই ওইরিবা, অথোইবা আত্মা, পরম আত্মাদুনি, অতৈ করিগু নত্তে। শ্রুতিনা মসিগী ব্রাফমসি য়াম্না ময়েক শেংহল্লি। শ্রুতিগী লাইরিকশিংনা হায়রি মদুদি পরম্-আত্মাসিনা জগৎ অসিবু শেমলি, লুনা-চান্না তৌবিরি, য়োকপিরি অমসুং হিংহনবিরি, অমসুং পোলোইদা পুম্নমকসিবু মঙোন্দা অমুক তিলহনবিরি। শেম্বিরিবা অথোইবা মপুদু পরম-আত্মাননি, নুংঙাইরিবদুসু মহাক্কি, ঙাকপিরিবদুসু মহাক্কুনি অমসুং পুম্নমক্কি মপুদুসু মহাক্কি। মসি শ্রুতিদা য়াওবা ব্রাফমদুনি।

শ্রুতিনা হায়রি মদুদি ব্রহমন্-সি আনন্দ শ্বরুপনি, নুংঙাইবগী মওংনি, পুমথোই থোইবা সিমানা লৈতবা নুংঙাইবদুনি। আত্মাগী মরমদা শন্দোক্লা নৈনরদুনা আত্মাসিবু যৌগনজরিবা কুয়োম মঙাগী মরমদা শ্রুতিনা পল্লি :- (১) চিনজাক্কি কুয়োম - (অন্নময়-কোস), (২) মরুওইবা-নুংশিংকি কুয়োম-(প্রানময়-কোস, (৩) পুক্লিংগী কুয়োম-(মনোময়-কোস), (৪) লৌশিংগী কুয়োম-(বিজ্ঞান- ময়-কোস)। মরি অসিগী মতুংদা, খ্বাইদগী মনুং থংবা কুয়োম অদু চাংজৌ নাইদনা নুংঙাইবগী কুয়োম- (আনন্দ-ময়-কোস) অদুনি। মখোয় পুম্নমকসি ব্রহমন্-দা য়াওরি, অদুনা, ব্রহমন্ হায়বসি আনন্দ-নি হায়না লৌবদা মরম য়াম্না চারে। কুয়োম খুদিংমকসি মতুংদা লাকপা খুদিংমক্তা মমাংথংবদগী হেন্না-হেন্না পাথরকপা, কূপথরকপা, নৌথরকপা (subtler) হেল্লি; খ্বাইদগী হেন্না কুপথরকপা, নৌথরকপসি আনন্দ-ময় কোসনি। মরম অদুনা কুয়োমশিং পুম্নমকসি ব্রহমন্-গী উপাধিনি, হকচাংনি হায়না লৌবা য়াই।

চিনজাক্কি কুয়োম অসিনা অপৌবা কুয়োম্নি, মসিনা মঙোন্দগী খর হেন্না নৌথবা, পাথবা , কুপথবা মরুওইবা নুংশিংকি কুয়োম অদুবু ঙাকথোকই। মরুওইবা নুংশিংশিং অদু মসিদগী হেন্না নৌথবা পুক্লিংগী কুয়োম অদুনা য়োকখৎপি অমসুং লমজিংবি। হকচাংগী অমসুং ইন্দ্রিশিংগী খুৎলাই পুম্নমকপু নিয়ম নাইহল্লিবা অমসুং মথৌ তৌহল্লিবা প্রান-বু মনোময় কোসনা খুদুম চল্লি। মরম অদুনা, মসিনা শ্বরদগী নৎত্রগা প্রান-দগী দি য়াম্না হেন্না শক্তি লৈ। মসিগী কুয়োম অসিদগী হেন্না অমুক নৌথবা, পাথবদি বিজ্ঞান-ময়-কোস অসিনি। মসিনা মতম পুম্নমক্তা ঙাইহক্কি ওইবা পোৎকা, তুংকোইবা লেঙদবগী হায়বদি অনিত্য-গা নিত্য-গা অনিগী মরক্তা অফ-ফত্ত খন্দোক-খনজিন তৌদুনা লৈ। মসিদি আনন্দ হকথেংনবগা য়াম্না নক্লনা লৈ। থাঙ্গেশেংবমক্তি, মসিনা থৌদোক অদু য়াকাইহনবদা হায়বদি ব্রহমন মশামক খঙহন্নবদা য়াকাইহন্দুনা মতেং পাংই।

হকচাং অসি লায়নাদগী ঙাকথোক্লবা মখল মথেলগী ফিরোলশিং শেৎলি। অহানবদা মোজা ফুরিৎ অমা, মথংদা ফুরিৎ অমা, অদুগী মতুংদা কোট অমা অমসুং কোট অদুগী মথক্তা সাল অমা। ঐখোয়না থম্মোয় য়েংবা মতমদা অহানবদা সাল অদু লৌথোকপা তাই। অদুদগী কোট অদু লৌথোক্লদবনি। ফুরিৎ অদুসু লৌথোকপা তাবনি। মোজাফুরিৎ অদু লৌথোক্লবা মতমদতনি

ঐখোয়না থম্মোয় য়েংবা য়াগদৌরিবসি। মতৌ অদুগুমদুনা, আনন্দ মশামক ওইরিবা অথোইবা আত্মা হায়বদি ব্রহমন্ অদুগা য়াম্না নকশিন্ননা খণ্ডনবগীদমক অন্ন-ময়, প্রান-ময়, মনো-ময় অমসুং বিজ্ঞান-ময় নৎত্রগা উপাধিশিং অসি লৌথোকখিগদবনি। পুক্নি হায়রিবা খোঙচৎ অসি অতৈ করিশু নত্তে চিঞ্জাক্কি লৈমায় অসিদগী হায়বদি চিঞ্জাক চাদুনা হিংলিবা পুক্নি অসিদগী চাংজৌ নাইদনা নুংঙাইরবা ঈশ্বরগী লৈমায়-থাক অদু য়ৌনবা চৎপা শেংলবা ধর্ম্মগী খোঙচৎ অমনি। পরম-আত্মা-পুমথোই থোইবা থবাই হায়বসি তঙাইফদনমক্কি নুংঙাইবগী মওংনি, হৌনশানি।

ব্রাহ্মোইশিন অসিদা য়াদবা মীওই খর লৈ। মখোয়না মী অমদা য়াওরিবা থবাই, জীবাত্ম অসি আনন্দ নত্তে, লৌশিংগী অচুম-অরান নৎত্রগা অফ-ফত্ত খন্দোকপা, নৈনবা বিজ্ঞান অদুনি হায়না য়েৎলি। হায়বদি, ব্রহমন্ হায়বসিদি মঙালনি, মশাগী হৌনশা ওইবা মঙালনি, মসিনা মপানগী মঙাল অমগী দরকার লৈত্রে। মসিদি মশাগী হৌনশা ওইনা, মতিক মঙালনা অদুম ওইজরবনি। অতোপ্পনা হায়রি মদুদি পর-শক্তি, পুমথোই থোইবা শক্তি হায়বসি আনন্দ ময় নৎত্রগা পরম-আত্মা-অদুবুনি অমসুং মসিগী পোৎ অসিবু পর-আকাশ, পুমথোই থোইবা অহাঙবা হায়নসু কৌই। অদুম ওইনমক পুম্নমক অসি লৌশিংগী তোঙান-তোঙানবা থাক্তা লৈবা মীওইশিংনা ব্রাহৈনা, ভাবনা শাগৎপা ব্রাফম ঙাক্তনি।

ব্রহমন্ হায়বসিনা পুম্নমক কোনশিল্লে, মশাদা লোয়না য়াওরে অমসুং করিগুম্বা পোৎশক অমবু খণ্ডবা হায়বসি ব্রহমন মশামকপু খণ্ডবদুনি। মদু খাইদোক্লবা য়াদে, ঙমদ্রে। আনন্দ হায়বসি পুম্নমকপুনি ; আনন্দ-ময়গী মশক ওইরিবা ব্রহমন্ অদু জীবাত্মাদুমক্কি, নাইতোম ওইনা মীশক অমদা ওইবগী ব্রাতনি, মখোয়গী মগুনদু মশক পুথোকপা, খন্দোকপা ঙমদে অমসুং মদুবু লোয়নরিবা পোৎশক অদুদগী তোঙানবনি হায়না খনবা ঙমদে। আত্মা অদু পরম-আত্মা ওইনা পুম্নমক শুপলবসু নৎত্রগা জীবাত্মা ওইনা নাইতোম ওইরবসু মসি আনন্দনি। আনন্দ হায়বসি হেল্লি নৎত্রগা ব্রাৎলি হায়দুনা খন ওনবা য়াদে। আনন্দনা থল্লবা হায়বদি আনন্দ হায়বনি, অতোপ্পা আনন্দ লৈ হায়বগী ব্রাফম নত্তে। মরম অদুনা, জীবাত্মানা আনন্দ ব্রাৎপা নৎত্রগা পরম আত্মান আনন্দ হেনবগী ব্রা লৈতে। মখোয় অনিমক আনন্দ ঙাক্তনি।

সাধারন ওইবা সংসারগী ৰাখল্লোন্দা হায়রবসু আনন্দ হায়বসি মথৰাই পানবা জীব খুদিংমক্কি মওং মতৌনি। মদুগী ফল ওইনা মীওইবা খুদিংমক্কা মদু ফোঙদোক্লবা অমসুং চাউখৎহন্নবা থি। মথৰাই পানবা জীব কয়ানা আনন্দ ফংনবগীদমক অপাম্বা মখল কয়া থাদোকপা অমসুং শাজৎ-নিতি কয়া থাদোকপা থেংনৈ। অদুবু, আনন্দ হায়বসি মপানগী পোত্তগী ফংগনি হায়না থাজবদু অপঙবগী খুদম্নি। "সর্ববম্ পরবসম্ দুখম্"- নঙগী মপান্দা লৈরিবা পুম্নমক অৱাবা ঙাক্তনি। "সর্ববম্ আত্মাবগম্ সুখম্"-নঙগী নুংদা লৈরিবা পুম্নপুম্নমক নঙনি-হায়বদি আত্মানি-হায়বদি নুংঙাইবনি। সত্ব-সিধ-অসিগী মতুংইন্না, মী অমনা মাগী আনন্দসি মপানগী পোৎকি মখা পোল্লি হায়না খল্লবদি, মহাক মশাগী ৰাংমদা চৎলি অমসুং অৱাবা নঙননবা থেমজরি। মহাক ৰাফম থোক্তবা অৱাবদা লুপলি, মদু মহাকপু নুংঙাইহনগনি খনবা মপানগী পোৎশিংদা মশা অদু মীখা পোলহনখিবননি। খনবা, লাঙতক্লবা অমসুং অৱাবা ৰাখলগী থবক্কা নুংঙাইবা ফংনবা হোৎনবগী থবকসি থাগৎনিংঙাই শুকওই ওইদ্রে। অশেংবা আনন্দ ফংনিংবশিংনা নুংগী মিৎয়েংদা, খোঙচত্তা ওনশিনগদবনি, আত্মাদা নপশিনগদবনি। মপানগী পোত্তগী আনন্দ থিরবদি ঈশিং খৌরাংলবা মী অমনা মরুভূমিদা মরিচিকা তান্নবদা ৰাবগুম মী অদু অৱাবা কয়ামরুম নঙগনি। মহাক্কি খৌরাংবদু কোক্লবা করি অমতা ফংলোই অমসুং য়াম্না অৱাবগী মশক ওইবা পোলোই অমা ফংগনি।

মতাং অসিদা ৰাফম অমা লৈরে ; রাম্না ভিমবু ইনাক খুনবা মী অমা ওইহল্লে হায়বা মতমদা, নৎত্রগা রাম্না ভিমবু য়াম্না নিংথীনা খঙলবা মী অমা ওইহল্লে হায়বা মতমদা অসিগুম্বা ৰাফম অমা লাকপা য়াত্রা মদুদি হৌরকপা মতমদা রাম্না ভিমদগী হেন্না ইনাকখুনবা নৎত্রগা হেন্না শিংবা মী অমা ওইরমই। রাম্না করিগুম্বা লায়রবা মী নৎত্রগা অপঙবা মী ওইরম্নবদি, কমদৌনা মহাক্না ভিমবু ইনাকখুনবা মী নৎত্রগা অহৈবা মী অমদা ওনথোকপা ঙমলমগনি ? অওইবমক, মদু ওইথোকলমলোই। ব্রহমন্ হায়বসি আনন্দ শুরুপ্নি, আনন্দ মশামক্নি। মরম অদুনা মথৰাই পানবা জীব খুদিংমক্না ব্রহমন্-দগী আনন্দ ফংই। মহাক্তি পুম্নমক জ্ঞাননি। মরম অদুনা, মহাক্না পুম্নমক্তা জ্ঞান পী, পোকহল্লি অমসুং চাউখৎহল্লি। ঈশ্বর হায়বসি আনন্দ পীবিরিবদুনি, আনন্দ

হেনগৎহল্লিবদুনি। ব্রাফম অসি "আনন্দময়োভ্যাসাত"- "Aanan damayobhyaasaath" - হায়বা শ্রুতি অসিনা অচুম্বনি হায়রে। (নুংঙাইদুনতা লৈবা মহাক অদু অথোইবা থব্রাই অদুনি, মরমদি ব্রাফম অসি কয়ারক হন্না হায়রে)।

## মন্ত্র র্বনিকম্ এব চ : ( MANTRA VARNIKAM EVA CHA)

## ("সত্যজ্ঞানমনন্তম্ ব্রহ্ম" - "Sathyajnaanamanantham Brahma")

মসিগী মন্ত্র নৎত্রগা মশানা তাজবা সুত্র নিয়ম অসিনসু চপ মান্নরবা আনন্দ স্বরূপ ওইবা ব্রহমন্ অদুবু খঙনহল্লি। ব্রহমন্ হায়বসি আনন্দ নি ; ব্রহমন্ হায়বসি অচুম্বনি, সত্যনি ; ব্রহমন্ হায়বসি লৌশিংনি, জ্ঞান-নি ; ব্রহমন্ হায়বসি সিমানা লৈতবনি, অন-অন্তমনি। সত্যম নৎত্রগা অচুম্বা হায়বসিগা আনন্দ-চাংজৌ নাইদনা নুংঙাইবা হায়বসিগা অর্থ চপ মান্নবা ব্রাহে ঙাক্তনি। মসিনা অতোপ্পা অর্থ অমমুক পীদ্রে।

সত্য হায়বদি খাইদোক খাইজিন য়াদ্রবা, খল ওনবা ঙমদবা আনন্দ-নি। মসিদি অহাঙবগী ঙমখৈনা নৎত্রগা মতমগী খোঙচৎনা নৎত্রগা হকথেংনরিবা মীদুগী মশাদা ফাওরকপা তোঙান-তোঙানবা ব্রাখলগী ঈথিলনা করি অমতা শোকহনবা ঙমদে। আনন্দ মশামক্তা মতম, অহাঙবা মফম অমসুং মী অমবু শেংদোকপিগনি। মখোয় অহুমসি আনন্দনা নমহৎপ্রে ; আনন্দ-সি মখোয়গী মখা পোল্লে ; মসি মতম, অহাঙবা নৎত্রগা ফংলিবা মী অদুগা ফাজিন্নবা লৈতে। মরম অদুনা, মন্ত্র অদুনা মশক তাকলিবা অমসুং শন্দোক্লা তাক্লিবা ঈশ্বর অদু মন্ত্র অদুগী মতেংনা মচেৎ খজিক্তং খঙবা ঙমগনি ; মহাক্লা মন্ত্র অদুবু ঙমখৈ থমদে, মন্ত্র অদুনদি মহাকপু ঙমখৈ থম্বা য়াই। অনিমকপু পুল্লিবসি আনন্দ হায়বা থৌরিদুননি।

## জ্যোতিষচরনাভিধানাত : (JYOTHISCHARANAABHIDHAANAATH)

জ্যোতি মঙাল হায়বা ব্রাহেসিনা উৎলিবা অর্থসি মচাক্তি ওইবা সংসার অসিদা খঙনরিবা মঙাল অসি নত্তে। মচাক্তি ওইবা ঙমখৈশিং নৎত্রগা মগুনশিং খুদম ওইনা চরন-খোঙ-নচিংবসি মৈদুদা থোমজিল্লবদি করম্না মফম

পুন্নমক্তা শিনথুংনা লৈবা পোৎশক অদুবু উৎকদৌরিবনো, ফোঙদোক্কদৌরিবনো ? অসিগুম্বা ঙমখে নাইবা নৎত্রগা মগুনচেনবা থৌদোক অমনা খুরুম্নবগী, ইরাৎনবগী অমসুং নীঙনবগী পোৎশক ওইবা য়াদে। মসিগী মঙাল হায়রিবা ব্রাহ্মেসিনা হকচাং মনুংদা ফাজিন্দুনা লৈরিবা অমসুং মশাগী মওং-মতৌ, মগুন খর লৈবা অসিবু খঙনরবদি, মসিনা জগৎ শুপলিবা, ব্রহমন্ অদুনি হায়বা য়ারোই।

জগৎ শেম্লিবা নুপা, ঈশ্বর অদুবু থাগৎপগী ঈশৈনা, স্তোত্রনা হায়রি ; "পাদোস্য বিশ্ব্য ভূতানি" - (Paadoasya Viswa Bhootaani)- "জগৎ পুন্নমক অসি, মসিবু শারিবা মচাক ময়াম পুন্নমকসিগা লোয়নননা , ইবুংঙো মহাক্কি মতিক মঙালগী শরুক মরি থোকপগী শরুক অমখক্তনি।" মরম অদুনা মহাকসি সিমানাগী ব্রাংমদনি হায়বদি ঙমখে লৈত্রবনি, ওনবা ঙমদবনি অমসুং মচাং লৈতবনি। হায়রিবা মঙাল অসিনা শ্বগ অমসুং মসিগী ব্রাংমদা ঙালহল্লি, মসিনা ব্রহমন্ ফাওবা মশক খঙহল্লি। মঙাল হায়রিবা ব্রাহ্মেসিনা শ্বাইদগী লাপপ্রবা লমদম অমসুং শ্বাইদগী হেন্না ব্রাংপ্রবা মফম অদু ফাওবগী ব্রাংমদা, থব্রাই পানবা জীবশিং জগত্তা লৈরক্ত্রিঙৈ মমাংগী যুগ অদুবু মাগী মতিক মঙালনা খঙহল্লিবা অদুগুম্বা "তৎ" অদুবু খঙহল্লি। মসিনা অথোইবা লোক-লমদম পুন্নমক্তগী শ্বাইদগী অথোইবা লমদম অদুদা ঙাল্লি।

মসিমসু খঙজিন্নু মদুদি হায়রিবা মঙাল অদুনা মফম পুন্নমক্তা, মতম পুন্নমক্তা, জীব পুন্নমক্তা ঙাল্লি। মসিদা অস্তি (সৎ:লৈবা) ভতি (চিৎ : খঙবা, মঙাল) অমসুং প্রিয় (আনন্দ-চাংজৌ নাইদবা নুংঙাইবা) য়াওরি। জগত্তা উরিবা পোৎ পুন্নমকসি উদবা অমদা য়ুমফম ওইনা লৈ। লেঙলি-চৎলিবা পোৎ পুন্নমক লেঙদবা অমা য়ুমফম ওইনা লৈ। মতৌ অদুগুম্না, মথব্রাই পানবা জীব খুদিংমক্কিদা নত্তনা জগৎ মশামক অসিসু য়ুমফম ওইনা মশক উঙমদ্রবা ব্রহমন্, পুমচুম চুম্বা, পর ব্রহমন্ অদুনা য়ুমফম্নি। মসিগী পর-ব্রহমন্ অসিননি জগৎ অসিবু লংহল্লিবা, ঙালহল্লিবসি। মঙাল হায়বদি অসিগুম্বা মখল অসিখক্তগী মঙালবুনি, অমসুং অকক্লবা লৈবা, হম্ববা থাক্কি, মচাক্তগী পুথোকপা মঙালসি নত্তে। মঙাল হায়বসিগী অহৌবসু লৈতে নৎত্রগা অরোইবসু লৈতে। মসিদি পরম জ্যোতিনি, পুমথোই থোইবা মঙালনি, অনিশুদবা মঙালনি, অ-খন্দজ্যোতিনি- লেঙদ্রবা

মঙালনি। অতোপ্পা ব্রাহে অমদা হায়রগা, মসি পর-ব্রহমন্ মশমক্কি, মরমদি পুম্নমকসি মঙোন্দা অমসুং মাগী মতেংদনা খঙহল্লি। মতাং অসিদা পল্লিবা মঙাল হায়বা ব্রাহেসি অতে অতোপ্পা অর্থ অমতদা অর্থ হল্লোইদবনি। উপনিষদশিংনা ব্রহমন্ গী মখোঙ পাল্লি হায়, অদুবু মদুনা করিগুম্বা হিরম অমদা মাগী পাক চাউবদা , চাংজৌ নাইদবদা, ঙমখৈ লৈতবদা অথিংবা নৎত্রগা হুম্ফ্হনবা লৈতে।

"জ্যোতি" হায়বদি, মরম অদুনা , "ব্রহমন্" হায়বনি। ব্রহমন্ অদুগী মখোঙ মরি পাল্লি হায়না ভাবনা শারবা মতমদা, ব্রহমন্-দগী পুথোরক্লিবা পুম্নমকসি মাগী শরুক মরি থোকপগী শরুক অমখক্তনি। উপনিষদশিংনা হায়রি মদুদি লেমহৌরিবা শরুক অহুমদুদি 'অমৃতনি" (শিবা নাইদ্রবনি, হুম্ফনিংঙাই লৈত্রবনি, হোংদোক-হোংজিন লৈত্রবনি) ঈশ্বরগী মঙালদা লৈরবনি।

নিংশিংগদবা ব্রাফম অমনা অসিগুম্বা অমৃতম্ অসি ঐখোয়না সাধারন ওইনা লোয়নরিবা মঙাল অসিগা মান্নদে হায়বসিনি। উপনিষদনা হায়রিবা মঙাল অদুদি "দীপ্যতি" (Deepyathi) নুংপান ফাওনা ঙালহলবা হায়বনি। অসিগুম্বা নিয়ম খোঙচৎ অমবু ইচম-চম্বা সংসারগী ওইবা মঙাল অদুগী থাক্তা কমদৌনা পুথরক্কদৌরিবনো ? জ্যোতি হায়বসি ব্রহমনগী মশা মনুংদা য়াওই ; মসিনা ব্রাহমন মনুংদা অমসুং ব্রহমন্-গী মতেংদনা থবক তৌই। ব্রহমন্ হায়বসি পুম্নমক্তা লৈ অদুনা জ্যোতিনা পুম্নমকপু খঙহল্লি অমসুং পুম্নমক্তা ঙাল্লি।

মতম পুম্নমক্তা লেঙদুনতা , চৎতুনতা লৈবা জগৎ অসিগী য়ুমফম মরু অদু ব্রহমন্-নি , লেঙদবদুনি , লেঙবা ঙমদবনি , মতম পুম্নমক্তা লৈজরবা জ্যোতিদুনি। ব্রহমন্ অসিনা লেঙবা, নিকপা, হোংবা অমসুং চৎপা হৌরকপা মতমদা থোক্লিবসি পুরা লুপশিনবা, খর লুপশিনবা , প্রলয় হায়বদুনি। খুদম ওইনা, ত্রেন চেনবা মতমদা, মসিনা চেল্লিবা তালী অদুসু চেল্লবদি ত্রেন অদুদা তোংলিবা যাত্রিক ময়ামদুদি করি ওইগনি ? ঐখোয়না চৎপা মতমদা লম্বী অদুদি লেঙদনা লৈ। অদুনা ঐখোয়না খুদোংথীদনা অদুম চৎথবা ঙমই।

মতোমতা ঙানবা মঙাল অদুবু থাওমৈ অদুগী মৈরি কৌই ; পুম্নমকপু ঙালহনবা অমসুং খঙহনবা মঙাল অদুবু জ্যোতি কৌই। মসিগী মঙাল অসিনা লমদম অদুবু শিনথুংলিবা মৈ অদুবু খঙহল্লি, মদুনা হকচাংবু শাগৎহল্লি অমসুং

চাকখাও মনুংদা লৈ, মিৎকি মঙাল ওইনা লৈ। থা অসি নুমিৎকি মঙালনা ঙালহল্লি অমসুং মদুনা থাবু লংহল্লি। জ্যোতি মশামক ওইরিবা ব্রহ্মন্ অদুনা থবক পুম্নমকসি পাঙথোকহন্নিংবনি অমসুং চাউখৎহন্নবনি। জ্যোতি হায়বসি হিরম-মায়কৈ পুম্নমক্তা ঙালহল্লবগী থৌদোক্তুনি, নিয়মদুনি।

## প্রান স্তুতথানুগমাত : (PRAANA STHATTHAANUGAMAATH)

(প্রান হায়বসি ব্রহ্মন্-নি, মরমদি মসি অসুম্না লৌনৈ।)

প্রান হায়বগী অর্থদি মরুওইবা শ্বর, নুংশিৎ হায়রিবসি ৱাহে অদুগী ইচম-চম্বা অর্থদা হায়বা নত্তে, মসিনা হায়রিবদি ব্রহ্মন্ অদুত্তবুনি। হায়রিবা ৱাহে অসি ইন্দ্র, রুদ্র, বায়ুনচিংবা মরুওইবা নুংশিৎশিং অসিবু শেন্নরিবা লাইশিংনি হায়নসু য়াম্না তোইনা লৌনৈ। মদুগী অর্থ অদুনফাওবা মসিদা শিজিন্নবা য়াদে, মতিক চাদে।

থৌদোক অমদা, ঈশ্বরবু খিজরকপা প্রর্তদনা (Pratardana) হায়বসিনা লাই পুম্নমক্কি লৈফম অদুগী মবুংঙো ওইরিবা ইন্দ্রগী মফমদা চৎখি অমসুং মী অমনা মশাদা খ্বাইদগী হেন্না কান্নজগদবা মগুনসি, লৈতেংশি করিনা ওইগদগে হায়বদু তাকপিনবা হায়জখি। ইন্দ্রনা মঙোন্দা ঈশ্বরবু পুক্নি ওইনা খঙনবা অমসুং ঈশ্বরবু থৱাই-“প্রান” ওইনা নিঙননবা পাওতাক পীখি।

প্রান কদায়বু কৌবগে অমসুং মাগী মতিক মগুন্না কমদৌবগে হায়বদুগী মরমদা শন্দোক্লা তাক্লদুনা ইন্দ্রনা মঙোন্দা হায়খি, “মসিগী প্রান হায়রিবসি খঙবা (Conciousness) হায়বদুগা অমতনি। (স এশ প্রান প্রজ্ঞাত্মা) “মসিদি চাংজৌ লৈতবা নুংঙাইবদুনি, চহি লৈতবদুনি, শিবা লৈতবদুনি”। (আনন্দো অজরো অমৃত)। হায়বগী অর্থদি প্রান হায়বসি চাংজৌ লৈতবা নুংঙাইবদুগী শক্তমনি, (আনন্দ শ্বরুপ) মসিগী শিথরকপা, হুম্বুরকপা লৈতে, (অ-জরা), মসিদি শিবা নাইদবনি, (অ-মৃতনি)। মদুনি তত্ত্বিরিবসি। হায়রিবা গুনশিং অসিদি ব্রহ্মন-দতা লৈবনি, সাধারন ওইনা লৌনরিবা প্রান-দা লৈতে। “প্রান” হায়বসি ব্রহ্মন্-বু পুক্নিংদা নিংশিংহন্নবগী খুদম অমনি অমসুং অতোপ্পা পোৎশক অমতগী নত্তে।

মী অমনা খঙফম থোকপা অমসুং লৈফম থোকপা খ্বাইদগী কান্নবা অমসুং খ্বাইদগী তঙাইফদবা পোৎশি করিনো হায়বসিনা মরু ওইবা ৱাহং

ওইরমই। ব্রহমন্ খক্তনা হৌরকফম, মচাক অমসুং হিংঙাইনি। মরম অদুনা, ইন্দ্রনা হায়খিবা "প্রান" হায়বা ৱাহৈদু ব্রহমন্ খক্তবু হায়বনি, অতৈ অতোপ্পা অমতবু নত্তে। মপানগী ওইবা অর্থ থাদোক্কদবনি অমসুং নুংগী ওইবা অর্থদু লৌগদবনি। সাধারন ওইনা হায়বা তারবদি মীনা লনথুম শক্তি অমসুং ইজ্জৎতবু খ্বাইদগী দরকাররনি হায়না খল্লি অমসুং পান্দম অসি ফংনবা পাম্বৈ খুদিংমক শিজিন্নদুনা তান্নে। অসিগুম্বা হোৎনবসিদা মী অমনা মশাদা লৈবা মমল নাইদ্রবা মীওইবগী গুন কয়া মাঙহল্লি। পুন্সিগী অকক্নবা মতম মাঙহনখিবসিগী মথক্তা মহাক্লা অপঙবগী অমম্বদুদা হেন্না হেন্না লুথনা লুপশিনখি। মহাক্লা থৌশাদ্রে অমসুং মশাগী অশেংবা হৌনশা খঙনবগী থবক্তু মাঙম্রে।

অতোপ্পা খোঙফম অমদা ইন্দ্রনা পাওতাক পীখি ; "ঐখক্তবু খঙউ", হায়বদি " ঐবু মুন্না খঙউ ; ঐবু মপুংফানা মশক খঙউ"। ইন্দ্রনা মতাং অসিদা হায়রিবসি কনাগুম্বা মখোঙ-মখুৎ পানবা, লাই অমদা নত্তে। "প্রান" হায়রিবা ৱাহৈ অসিনসু ৱা ঙাঙলিবা ইন্দ্র মশামকপুনি হায়বসু লৌবা ঙমদে। কনাগুম্বা অমনা য়েৎপা য়াই মদুদি ঐখোয়না নিঙগদৌরিবা পোৎ অদু "প্রান" নৎত্রগা ইন্দ্রদা ওইগদবনি, মরমদি ইন্দ্র হায়বদি প্রান-নি অমসুং প্রান হায়বদি ইন্দ্রনি। মদু ব্রহমন্ ওইবা য়ারোই। মসিগী ৱাফমসি চুমদে। প্রান হায়বদি ব্রহমন্ হায়বনি অমসুং অতৈ করি অমতা নত্তে। "ঐবুদা খঙউ" হায়বা ৱাফম অদু খর অমনা তারীবা মীদুদা "ঐগী অশেংবা ওইরিবা, ঐগী অচুম্বা ওইরিবা, ঐগী ময়োল ওইরিবদু" খঙগদবনি হায়না পাওতাক পীবনি হায়না অর্থ লৌই। অদুনা ইন্দ্রনা প্রতরদন-দা পাওতাক পীবা মতমদা ইন্দ্রনা শিজিন্নরিবা ৱাহৈদু ব্রহমন্ খক্তবুনি।

সংসারগী মিৎয়েংদা, ময়াম্মা শিজিন্নরিবা মওংদদি প্রান অমসুং ইন্দ্র অনিসি অমগা অমগা মরী লৈনৈ। ঈশ্বর থিবগী মরমদা শিজিন্নরিবা পাক চাউবা হায়বা ৱাহৈশি ব্রহমন্-বু শব্দোক্লা হায়বগী ৱানি ; মসিনা হায়রিবদি "সিমানা লৈতবা, জগৎ অসি ফাওবগী ৱাংমদা" হায়বনি। মোত পীরিবশিংনা ৱাফমশিং অসিগী মপানগী অমসুং মনুংগী অর্থশিংদু থিজিনম্রে অমসুং অনিমক্লা হায়রিবসি নিয়ম অমতদনি হায়না য়াশিন্ননবা হোৎনম্রে। মখোয়না হায়খি, মদুদি প্রান অমসুং

ব্রহ্মন্ অনিসি শেল অমগী মমায় অনিদুনি ; মখোয়সি খাইদোক্লবা য়াদবমখে য়েংশিন্নে। মরম অদুনা ঐখোয়না নিঙগদবসি ব্রহ্মন-নি অতৈ করি অমতা নত্তে।

(পাওতাক অসি বামদেব-গী মতাংদা ওইখিবগুম বেদগী লাইরিকশিংদা পীবা মোতকা য়াম্না চানৈ।)

বামদেব মুনিনা বেদগী লাইরিকশিংদা হায়বা ৱাফমশিংদু চপচানা ইল্লমই : ঐহাক ব্রহ্মন্-নি ; নঙ তৎ-নি ; ব্রাহ্মন্ হায়বসি খ্বাইদগী ৱাংবা লৌশিংদুনি ; মসিগী ইশাসি ব্রাহ্মন-নি - ৱাহৈশিংসি মহাক্লা তাখি অমসুং মদুদগী হকথেংননা ব্রহ্মন্ ফংখি। মহাক্লা অচুম্বদুদা নিঙখি ; "ঐহাক ব্রহ্মন্"-নি। মতৌ অসুম্না, ইন্দ্রনা "ঐবুতা খঙউ" হায়না পাওতাক পীবা মতমদা অশেংবা ঐ - হায়বদি ব্রহ্মন্ হায়বনি, মরুওইবা শক্তি প্রান অদুবু হায়বা নত্তে। মঙোন্দা খঙবা হায়বসি য়ৌরক্লিঙৈদা, বামদেব-সু প্রান-বু য়াম্না ফজনা ভাব তাখি, লাই ইন্দ্রবুসু ভাব তাখি। মহাক্লা খঙলক্লবা মতুংদা লাওথোকখিবসি - "ঐ মনু ওইরমই" "ঐ পুম্নমক্লি"। মদুগা চপ মান্নবা মওংদা, ইন্দ্র হায়বা লাইসিসু মপুংফাবা লৌশিং লৈবনিনা মহাক্লা ব্রহ্মন্ অসি প্রান-গী নৎত্রগা পুম্নমক্তা য়াওরিবা মরুওইবা শক্তি অদুগা মান্নে হায়না লাওথোকপা ঙমখি। মসিদা চুশিন্নদবা অমতা লৈতে।

তশেংনমক, ব্রহ্মন্ হায়বসি পোৎ অমা ওইনা উৎপা য়াই। পুম্নমক ব্রহ্মন্ ঙাক্তনি। (সর্ববম্ ব্রহ্মন্)। অচুম্বা, লৌশিং-জ্ঞান, লোইবা নায়দবা মতম অসি ব্রহ্মন্-নি। নুংগী মিৎয়েংগী হকথেংনবা ৱাফমশিং অসিগী মতুংইন্না, পোৎ খুদিংমক ব্রহ্মন্ ওইনা উৎপা অমসুং খঙনবা য়াই। পোৎ পুম্নমক ব্রহ্মন্ দগী থোরকপনি, পোৎ পুম্নমক ব্রহ্মন্-না থিন্দোরকপা, শক উৎলকপা ঙাক্তনি। সনানা তোঙান-তোঙানবা মমিং অমসুং মওংগী লৈতেং-লিক শারবসু সনানা মাগী হৌনশাদু মাঙদে। পোৎকি ওইবা সংসার অসিদা কনা অমতনা তোঙান-তোঙানবা মমিং মওং অমসুং দৃশ্যশিং অসিদা লান্না চৎলোইদবনি। মখল-মথেল ময়ামসিগী মতুংদা লৈরিবা অচুম্বা খঙলবা মতমদা পুম্নমক অসি

ব্রহ্মন্-না থোকহনবনি হায়বসি খণ্ডই ব্রহ্মন্-না য়ুমফম্নি, ব্রহ্মন্-না পাম্বুংদুনি হায়বসি খণ্ডই। ইন্দ্র হায়বা লাইদু পুম্নমকসি নত্তে।

থিজিনবা হৌখিবা সুত্র - "জনমাদি য়শ্য য়তহ" - ("জগৎ অসি পোকখিবা পোৎশক অদুদগী") হায়বসিনা হায়রি মদুদি ব্রহ্মন্ হায়বসিনা জগৎ পুম্নমকসিগী, অহাংবসিগী অমসুং মরুওইবা শক্তি পুম্নমক্কি হৌরকফমনি, মরম্নি। মরম অদুনা প্রান হায়রিবা ৱাহৈদু ব্রহ্মন্ মশামকপুনি।

**সর্বত্র প্রসিদধোপদেসাত : (Sarvathra Prasiddhopadesaath)**

" মশক মুন্না খঙলবা পোৎ অদুতা মফম পুম্নমক্তা, তম্বিরি। বেদান্তগী লাইরিক পুম্নমক্তা, উপনিষদশিংদা, ময়াম্না লায়না খঙবা য়াবা ৱাঙাংদা পল্লিবা অমসুং শব্দোক্তা নৈনরিবসি ব্রহ্মন্ হায়বসিনি। "মী অমনা য়াম্না ইংনা ধ্যান তৌগদবনি" হায়রিবা লমজিং অসিদা ধ্যান তৌগদৌরিবা পোৎ অদু "পুম্নমক অসি তশেংনমক ব্রহ্মন্ ওাক্তনি" হায়বসিনা উৎলিবা পোৎশক্তুদনি অমসুং জীব অমদা য়াওরিবা থৱাই (Self) অদুদা নত্তে। মোত পীবশিংনসু মসিগী অর্থসি য়াই।

"পুম্নমক অসি ব্রহ্মন্ ওাক্তনি" হায়বা সত্ব সিদ্ধ অসিনা ধ্যান তৌনবগী উপনিষদনা পীবা পাওতাক্নি। শ্রুতি নত্রগা বেদনা তাক্লিবসি জগৎ পুম্নমকসি নৎত্রগা খুৎশেম পুম্নমকসি ব্রহ্মন্-নি হায়বসিনি ; মরমদি মসি ব্রহ্মন্-দগী হৌরকই, ব্রহ্মন্-না হিংহল্লি, ব্রহ্মন্-দা তিনশিল্লি। মসি ব্রহ্মন্-দগী তোঙানবা নৎত্রগা খাইদোকপা য়াদে।

অপাম্বা অমসুং পামদবা, নুংশিবা অমসুং তুক্কচবনচিংবা তুমাগী মিৎয়েং থাদোক্লগা য়েংবা মতমদা, মওং পুম্নমক, ফল পুম্নমক, মরম পুম্নমক অসি ব্রাহ্মন্ খক্তা ওইনা থেংনৈ। অদুবু, মিৎয়েং অদু নুংশিবা নৎত্রগা তুক্কচবনা শোকহল্লবদি মওং খুদিংমক, ফল খুদিংমক অমসুং মরম খুদিংমক অমগা-অমগা খেন্ননা উই। মরম অদুদগী পুক্নিং ইংথরগা ধ্যান তৌগদবনি হায়বা পাওতাকসি পীবিবনি। ৱাখলগী ঈথিল ময়ামসি ইংথরবা অমসুং চাংদা লৈরবদি মযাম পুম্নমকসি অমতা

ওইনা থেংনৈ। চরাংনবা পুক্লিং অমনা মিংয়েং অমখক্তদা য়েংবা ঙমদে। মসিনা তোঙান-তোঙানবা লম্বীদা চংলি। মরম অদুনা, মসিনা সংসার, প্রকৃতি অমসুং জগৎ অসিবু ব্রহমন্-দগী তোঙানবা ওইনা উই। অসিগুম্বা মিংয়েনা তোঙান তাহল্লি। ইংনা উবা মিংয়েংনা অমতা ওইনা উহল্লি। মিংয়েং অদুগী মতুংইন্না সংসার অসিগী তোঙানবা মমি তাই, তোঙানবা শকফম ওইনা লৌনৈ।

যুম অমগী যুম্নুরেন অদু মী অমখক্তনি। অদুবু ইমুং অদুগী মী খুদিংমক্না মহাকপু তোঙান-তোঙানবা মিংয়েংদগী য়েংই। অদুনা, মহাকপু মচানা 'ইপা', মতুনা 'ইপুরোইবা', মমৌনা 'ইকুবোক', মশুশিংনা 'ইপু', মনাওনা 'ইয়াম্বা' - অসুম্না কৌই। অমা অদুবু মওং ময়াম অমদা লৈনরুবা মরীদুগী মতুংইন্না, লৌই।

মতৌ অসুম্না, ঈশ্বরবু থিরিবশিংনা অমসুং ঈশ্বরগী মরমদা খনবশিংনা মানা মানা খঙলকপা অমসুং ফংলকপা থাক অদুগী মতুংইন্না মখোয়না থেংনরিবদু তোঙান-তোঙানবা মওংদা ফোংদোকপনি। অসিগী মথক্তা, মখোয়না চঙশিল্লিবা খোঙজংগী বাখল্লোন অমসুং নুংশিরিবগী মওংনা অমা অদুবু হকথেংনবদা খেংনহল্লি। খরনা জীবগী থবাইবু খঙই অমসুং মদুদা থাজে, খর অমনা পুম্নমক খঙবা, শ্বাইদগী শক্তি চেনবা, ঈশ্বরদুবু খঙই ; খরনা মফম পুম্নমক শিন থুংবা শক্তি অদুবু নিঙই ; খরনা মখোয়না উরিবদু পম্বুং ওইনা, জগৎ শেম্নবা ওইনা, পুরুষ অদু ওইনা লৌই। অদুবু, মী অমদা য়াওরিবা থবাই অদুদি পুম্নমক খঙবা, পুম্নমক ঙম্বা ওইদে। মশানা পঙহনজবা অপঙবা অমসুং মদ্ অদুনা পুন্দুনা লৈরিবমখৈ, থবাই অদুনা পুম্নমক শিনথুংলিবা, পুম্নমক খঙবা ব্রহমন্ অদুবু খঙবা অমসুং হকথেংনবা ঙমদে।

সাইরাম



# BOOKS FROM THE SAME PEN

| | | | |
|---|---|---|---|
| 1. | Meeoiba Jati Kadomda ?<br>(Soviet Land Nehru Award-(Gold) Winner) | - | 1986 |
| 2. | Sai Leela 108 | - | 1996 |
| 3. | Sai Amrita Vaani | - | 1998 |
| 4. | Sathyam Sivam Sunderam Vol.-I<br>(Translation) | - | 2001 |
| 5. | Sathyam Sivam Sunderam Vol.-II<br>(Translation) | - | 2002 |
| 6. | Sathyam Sivam Sunderam Vol.-III<br>(Translation) | - | 2003 |
| 7. | Prem Vahinee | - | 2003 |
| 8. | Sathyam Sivam Sunderam Vol. -IV<br>(Translation) | - | 2004 |
| 9. | Elementary Statistics<br>for Classes (VI) - (XII) | - | 2005 |
| 10. | Bhagavat Vahinee Vol. - I<br>(Translation) | - | 2005 |
| 11. | Sai Prem Leela<br>(Translation) | - | 2006 |
| 12. | Sutra Vahini<br>(Translation) | - | 2007 |